# নুংশিবগী শক্তম





ইবা :-

নাওরোইবম পুনসি





অ্যফোংবা : নাওবোইবম শুবদনি।

অহানবা ফোংবা : শোক ২০১০।

কোপী মীশং : ১০০।

মমল : লুপা ৭০.০০।

ফংফম : ইবাবত ভবন, বি.টি. বোড।
গোভনব মনিং, সি. পি. এম।
পুন্সি ফার্মাসি, লম্লোং বাজাব।



**নম্ফম:** বি. এম. প্রেস, লম্লোং বাজাব, ইম্ফাল ইষ্ট।

# কচ্চবা

‘“নুংশিবগী শক্তম” কৌবা
শৈরেং লাইরিক মচা অসি
কাচ্চরি নচানা
ইমাগী খুয়া খাদা ।

কচ্চরিবা ঃ-
নাওরোইবম পুনসি

# ৱাহৈ খরদং

শা, ঙা, উচেকশিংদি কল্লক মীহৌবা য়েংথিনবা অদুক হান্না লৈতে। মখোয়দি চাননবা পৈশিন্দুনা থমগনি হায়বসু লৈতে। অসিবু ঐখোয়না মখোয়বু ৱাখল য়াওদবদগী তৌবনি হায়রি।

তাইবং মী ঐখোয়দি ৱাখল খনবা ঙম্বা জিবনি হায়না চাওথোকচরি। অশোনবা জিবশিংবু তাথি তাওইনা তৌবিবা অমসুং ঐখোয় ইশেলমক্কদসু অঙম অঙম্বা মুন্দুনা শেত্তুনা চান্নবা, হাৎনবা কয়া অসি উরগদি ঐখোয় অসি শা, ঙা, উচেকশিংদগীসু হেন্না তোল্লে খঞ্জে।

থোং নৌনা ঙাংবা শকপসু হৈজদবা ঐনা ইতিহাসকী লমাইদগী নুংশিবা খরদং লৌখৎচরগা শৈরেং ওইনা ইথোকচদুনা মীনা মীবু মাংনবা তৌবা তোকপীনবা অমসুং শা, উচেকশিংবু নুংশিবিনবা ইজবনি।

লাইরিক অসিবু নুংশিবিদুনা ৱাহৈ পরেং অমা অনীদং ওইরবসু পাবিরবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

নাওরোইবম পুন্সি

# য়াওফম তাকপা

# ইশ্বর

ঈশ্বর ননাই তোল্লবনা খংজদে নহাকপু
করম্বা ব্রাহে ব্রাতা শিজিন্নদুনা
থাগৎপা ফোংদোকচগদগে হাযবা ।
ননাই তোল্লবনা হন্না হন্না থাগৎচরবসু
ঈশ্বর নহাক্কী গুন্না অদুম মহেল্লি ।
অশংবা উ ব্রা, নাপী শিংনাদা
মখল মখা কয়াগী নিংথিরবা লৈশিং
শাৎলিবা পাল্লিবা খুদিং ঈশ্বর নহাক্কী খুৎশেম্নি

নোংজুথা য়ৌরগা নহাক্না,
মহা সমুদ্রগী মথক্তগী অমুবা নোংগী লৈচিল
পুরক্লুনা খৌরাংলবা পৃথীবী লৈমাইথক্তা
ঈশিংগী মশক ওইনা তাহনবীরি ।
অমৃত্তগী মশক ওইরবা নোংনা
পৃথীবী মফম খুদিং য়ৌহনবিরী ।.
ঈশিং অদুবু থকচরগা
পৃথীবিনা গর্ভ পুবিদুনা
উ-ব্রা-নাপীশিংনা অরিবা উনা কেলহনবীদুনা
নোক্লা নোক্লা অনৌবা উঁনা চোংহনবিরি ।
ঙরাংতা পোম্লম্বা থরো থম্বাল
ঙসিদি ফুগাইনা শাৎচরে ।
মফম খুদিং উহৈ ব্রাহৈ,
অশিনবা, অখাবা, অয়াকপা, অথুম্বা,
মরাং কায়না পান্দুনা;
তাইবং মী শা, ঙা, উচেক ব্রায়াশিং
মবুক থন্না চাদুনা হিংনরি ।

হে ! ঈশ্বর নহাক্কী থৌজাল অঙকপনি ।
নহাক্কী অমৃত্তগী মশক ওইরবা ঈশিংবু থকচরগা
ষণবিশিংদগী শঙ্গোম থোকহনবীদুনা
তাইবং পানবদা লৈরিবা জীব কোটি কোটি
মমা মপা লৈত্রবা মচাশিংবু
য়োকপী থাকপী তৌবিরি ।
পাক চাওনা হৌরিবা মনা কুংলবা,
মশা মরেং ফন্দোকপা উপালশিংনা,
লম্বী চৎপা মীশিংদা নুংশাগী মৈশাদগী কর্নাব ।
অসিগুম্বা উজাও, ব্রাজাওশিং অসিদগী
থাদোকপা নুংশিৎনা মীওইবা ঐখোয়গী
নুংশিৎ নুংশা শেংহল্লি ।

পোম্বী চেক্লাশিংনা ফৈরাথক্তা [illegible]
শেম্বী[illegible] মপুবু থাগৎপগী ঈশৈ[illegible] ।
লৈবাক্কে[illegible] [illegible]রো-থম্বাল, থারিকথা
কোম্বীরৈ, শীঙ্গারৈ খিবিক মরাং কায়না শাৎতুনা
অচৎ অওক জিবশিংবু পুক্লিংদা নুংশিবা পোকহল্লি ।

তাইবংগী জীবশিংদা অয়ুক-নুংথিল, নুমিদাং খাযবিদুনা,
জিব পুম্নমকপু হেক হেক নৌথোকপীরি ।
অয়ুক নুংথিলদা নুমিৎনা ঐখোয়বু ঙালহনবিরি
নুমিদাংগী মতমদা থা, থরানমিচাকশিংনা
ঐখোয়বু লমজিংবিবি ।

অশংবা ফিজোল শেৎপী ইমা
নংগী নতম্বাক্তা শেংপা চাবা ফংজদুনা
অমগা অমগা নুংশি চান্ননা
হিংহনবিয়ু ঐখোয়বু ।

- - - - - -

# লাইরবদা লাই চংবা

চহি কয়াগী মমাংদগী ঐনা শাওনিংবা
য়াওশং হায়বদো লাক্লে ।
লৈতবা লাইরবা হায়বসি
চান্নদেদা মতম অসিগা,
চায়াম পোক্কনু হায়রবসু
ধর্ম্মনা য়াদে, লাইনা পীবনি হায়জিল্লি ।
হৌখিবা য়াওশং কয়াগী
নুপা নুপী কয়াগী অরোনবা ৱারী,
ফোটোগা কোন্ননা, কয়া অমনা ফেটো য়াওদনা
খবর কয়াদা হেক হেক থেংনখিবা ।
তাবদা শাওনিংবা, তাবদা কপ্লিংবা
তাবদা নুংঙাইতবা কয়া থোকখি ।

মচা মরি মঙা চেনবা ইমুং অমগী ৱারী তাববদি,
নহাক্কী নশা অদু ঙাইহাক্তং শোম্থগনি ।
ঐগী ৱারীসি য়াওশং কুম্মে ঙকয়া নত্তনা
অতৈ মতমদা কয়া তাদে ।
অদুননি ঐনা য়াওশং কুম্মেবু শাওনিংবা ।

অঙাংশিং অদুগী মপা মমাদো
লাইরবা ওইবনা মচাশিং
নিংথি নুংঙাইনা পিজ পিথক তৌবিদে ।
শেৎপা ইন্নবা ফিবোল নাতৈ চাদে:
চাননবগীবু ৱাগদ্রা শেৎননবগীবু ৱাগদ্রা
হৌজিক য়াওশং য়ৌবক্লে ।
মমাসু ফিশা লোনশা ইমুংগী চাননবা
হোৎন হোৎননা লৈতবনা হেঞ্জিল্লকই ।
মপাসু অঙাংশিংগী মফি মরোল লৈবা ঙম্নবা,

ঠিকাদার অমগী থবক শুবা চৎখি চীংনুংদা ।
নোংমা নোংমা হৌখিবনা য়াওশং হয়েংতা ঙায়রে ।
অদু ফাওবদা ঠিকাদার অদু লাক্রে ।
চীংনুং অদুদা চানবা থক্লবসু লৈরক্রে ।
করম তৌরগা চীংনুং অদুদগী থোরক্কনি ।
চীংনুং অদুদা লৈরিবসি মখোয় মরিনি ।
য়াওশং নুমিত্তি চেং লৈতদুনা লফু ফুৎলগা চারে ।
থবক খুৎশুমল পীদ্রবসু য়ুম য়ৌবতা পামখ্রে;
নাকোং থাঙ্গত্তুনা ঠিকাদারগী গাড়ি মখোল
ঙাইহরি য়াম্না ৱানা ।
লাইরববু লাক্লরিবা হায়বদুরা,
ঠিকাদার মাদি চেঙ চাক পৈশিল্লগা চারি ।
চীংনুংদা লৈবা শিন্মীশিংগী
চেঙ চাক নুমিৎ কয়ানিগী থনম্বা নিংশিংবীদে ।
চীংনুংদগী লৌবিরুদুনা য়াওশং য়াওহন্নি নিংবিদে ।
য়াওশংগী মচাশিংগী মফি লৈনবা,
হায়নখিবা পুম্নমক কাওথোকপা ঙমখ্রে ।
ইনাক খুনগে হায়রবদি লাইরববু
তীন কাঙ ওইনা উগদবনি খনখ্রে ।

মথংগী নুমিত্তদি শাওনিংবা কপ্লিংবা য়াওনা,
চাবা য়াবা তৃ- খোংদা হৌবা
লোক্লে পুল্লেনা মখোয়গী চাক এঞ্চাং ওইখ্রে ।
চানিংঙাইসু লৈত্রে গাড়িসু লাক্রে ।
পুগদবা ফিরোল কো-লিক লোয়না য়োমশিল্লগা;
মখোয় মরি নম্বো পোদুনা চীঙগী খোং লম্বীদা চৎলক্লে ।
চীংমীনা লাং থাকপা লম্বীদা খঙদবদগী চৎলুবদা,
মখোয়গী মরক্তগী অমদি অরুবা কোমদা তাশিনখিবদগী,
উরি ককতুনা থাদরগা চিংখৎনৈ ।
খরা চৎলগা অমমুক লাংদা থুখি ।
উতুপকী লাংনি হন্দক্লা,
খুৎলৈ থুনা চিংথোকহৌবগী

ইশোক শোকহৌদ্রে মাদি ।
মকোক্তি খরা ঙাওবম্মী ।
খরা চৎলগা অমমুক হায়গৎ লাংদা থুখ্রে ।
উ কাদুনা লাংগী মবী থদৎলগা কনখি ।
মখোয়গী মবক্তা শারম খংবা য়াওদবনা,
কয়াদা ৱানা চৎলবা ।
পংচৎ চৎতুনা চাবা য়াবা অচাপোৎ থিগদবসু
লাংদা থুগদ্র কিবদগী ইচৎ চৎনদ্রে ।
চাদবা তুমদবনা মশা শোম্থরম্মী ।

অসোমদনা নহা ওইরিবী
মপাম য়েংই লাইরবা,
নুপা মযুম যেংই করিসু লৈতবা
অঙংশিংনা কপ্পগা লাওবগা
মফি মবেন্স লৈবিনবা তৌরিবা ।
মৈ থাগদবদি হযেংনি ।
ঙসি লৈবিদবা য়াদে হায়রি ।

মাগী নিপাগী মচে থোকপা
মনম্মা তম্পাক্লৈদা হংজরুই ।
'শেল খজিক্তা পুংজগে;
নুপা লাক্লগা শিংজগে;
হোরেন নুমিদাং হল্লক্কনি ।
অঙাংগী মফি মরোন্দি লৈনবা মতম লৈজদ্রে ইনম্মা' ।

তম্পাক্লৈনা খুম্মী
'ইনম্মসু লৈতদুনা মীঙোন্দগী পুরগা
লৈরুরে অঙাংগী মফি মরোন্দো ।
নংসু অমুক্তা হংউ ইচে য়াইমবীদা' ।
ঐসু মঙোন্দগী লৌবনি ।
শেন্দোয় চাওখ্রে ।
তরা কাবিনি;

কৈদৌরুগনো কাজসনু খন্দুনা,
লুপা চামঙাদি লৌরক্লে ।
শেন্দোয় চাওবগী খনবনি ;
য়ারক্কনি মা লৈরমগনি ।
‘চৎলু ইবেম্মা চৎলু;
নচাশিংদো কপ্লম্মনি ।’
চৎলি য়াইমবীদা
“ইচে য়াইমবী ঐনা লাকচরিসে
অচিনবা খরদং কান্নজগে তৌবনি ।
নুপা থবক শুবা চৎখিবনি
হৌজিক ফাওবা হল্লক্তি ।
অঙাংগী মফি মরোল লৈনবা মতম লৈশিল্লক্লে
লুপা চামঙাদা পীবিয়ু হয়েং তম্ন শিংজগে” ।

য়াইমবীনা খুন্নকখি- -
কবোক্লে ইবেম্মা লৈরম্মীদো [illegible] শেল-
তাদা চাও[illegible]মদগী মঙা কাবিদা লৌরগা
ঐনা মীঙোন্দা তরা কাবিদা পীবনি;
ঙসি অয়ুক লোইখ্রে ।
নংনা খিত্তং ঙংখৎনা লাক্লবদি
লৈগদবনিদো ঐঙোন্দা ।
হৌজিক্তি চৎলো মাগী মনাক্তা
হেক্তা পীয়ু য়াগনি ।
মবুকচেল চাওবা নিপানি ।

কবোক্লেনা হায়জরম্মী- -
কদায়দা লৈবা নিপানো
মশক খংদবনিনা য়ারক্লোইনা ইচে
য়াইমবী- -ঐ চৎপীরুগে হায়ববু
য়ুম্লোন্নবগী অষ্টি লৌখৎকদৌরে
অষ্টি লোইবা ঙাইরদি
থেংখ্রনি নঙোন্দা ।

নংনা হায়বা ইকায়রবসু
ঐনা থারকপনি হায়য়ু;
নচাশিংদো কপ্পনা লোইরনি ।
ওল্লিগৈদা খরা থুনা লৈনবা তৌজৌ,
চৎলো চৎলো থেংগ্রে ।
কবোক্লে—চত্তুনা য়েংলগে ইচে
য়ুম কদায়দনো তাকপীয়ু ।
চহি কয়াগী মীতানো
করি হায়বনো মমিংনা ।
য়াইমবী—মমিংনা চাওয়াইমা কৌবনি,
চহি য়াঙ্খে মঙায়দা,
তাদা হেক্তা কৌশিল্লু,
খুরা মাম্মগা কৌরুনু,
য়াম্না শাওবনি
নহা য়াম্না ওইজনিংবনি
ঙাংনবদি নুংঙাইশ্রবনি ।
মচিন মখা দ্রো দ্রো তৌবনি
নুপী খায়নশ্রবনি মচা পোক্তে হায়দুনা,
হঙ্গোইরুনু করিমতা
আদা উরিবা উ অৱাংবা হৌবা ইঙ্খোল্‌সে
মাগী ইঙ্খোলমক্লি:
লম্বী অসিদা অদুম চৎখো
মাগী থোঙ্গাল তাগনি ।

মীনা চাওযাইমবু কয়া নুংশিদে
মানা লৈকায়দা শেল পুথোক্তে,
লৈকায়না শেন্দোয় পিনিংদে,
মানা লৌজনিংবগা মীনা পীনিংদবগা
অনি অসিনা মবম ওইদুনা,
মাগা লৈকাযগী মীগা কয়া নুংশিনদে ।
চাওযাইমগী থোঙ্গাল ময়াদা
ফিস্‌ ফিজাম তৌবী নুপী অমদা

হংজরম্মী কবোক্লেনা
‘তা চাওয়াইমগী য়ুম নত্ত্রা আদৈসে’
অমদুনা - - ‘মানি মানি’
‘মশা লৈবা উবিব্রা’
‘ইমুংদা লৈরমগনি কৌথোকপীয়ু’
থোবক্লম্মী চাওয়াইমদো মা হংবা তাবদা
‘ইবেম্মা ঐ হংব্রনে নঙবো’ হঙলকখি কবোক্লেদা
কবোক্লে- ইচা মরি লৈজে
নিপাসু ঠিকাদার অমগী থবক শুখি;
ঙসি নুমিদাং হল্লক্কনি ।
অঙাংশিংগী মফি মরোন্দি
ঙসি নৎত্রদি লৈতরে মতম ।
ইচাশিংদো তুম্বা চাবা তৌদরে,
কপ্পুনতা লৈখ্রে ।
লুপা চহুমদং পুজগে লাকচবনি ।
ইচে য়াইমবীদা হায়জবনি
মাদি শংদরে ঐ ওইনা চৎলগা হায়রুরো হায়রকই ।
হয়েং নোংঙানবগা শিংজগে,
পীবিয়ুবা নুংশিবিদুনা ।

চাওয়াইমা - -
ইবেম্মা চংলকউ ইমুংদা,
নচা মরিদুগী খনবদা
ইবুংসু নুংঙাইতে;
নঙোন্দগী শেন্দোই লৌরোই ইবুংনা ।
মপান্দা শেল পিথোক পিশিন তৌনবা,
মীনা উরগা ফজদে চংলকউ ।
হায়নৈ ঙাইহাক মখোয় অনি
চংলকউ, চংলকওই, চংলকউ চংলকওই,
শেল লৌগেদি চংলকউ;
শেল পামদ্রদি চৎখ্রো ।

ফিসু ফিজাম তৌবিনা
কোয়খোম খোম্মী মৈরাপাইবী ।

মখোয় অনি ইমা ইবেনশিংনা ফারে;
কন্যা কৎকনি তৌবিরে ।
মীয়াম মরক্তা নুপী অদুনা কপ্ন কপ্ন
মখুৎ অনি লোন্নদুনা তৌবীনু হায়জদুনা লৈপ্রে ।

তাল্লক অদুদা লৈবাক্তা মশক খংবা
য়াম্না মীনুংশি চাওবা অহল অমনা
ইমা ইবেলশিংগী অশাওবা অদু ফাথরম্মী ।
মচাদ মচাদৌনা নুংশিবিদুনা
মৌ মচা অদুদা হংবদগী খংলে ।
তোনবদগী তোল্লবা মী ওইরম্মে ।
ইমা ইবেনশা থবক্তা খজিক্তা পাওনা হেনবা
মীতৈ লৈবাক্তি ।
হয়েং যাওশংনি মৈ থাবা নুমিৎনি ।
শেল খরা পুজগে লাকপনি;
মফি মরোল লৈবিদবদগী,
কপ্পুনা লৈহৌরিবা মচা ময়ামগী য়েংদুনা
কন্যা কৎপা হায়বদো তোকপীয়ু ।
অহল অদুনা মখা তারম্মী ।
অসিগুম্বা থবক অসি
শেল য়াম্না পীবা ওম্বা মীবু,
লৈবাক্কী মপী মপা ওইহনবদগী থোকপনি ।
লাইরবা মশিং অসুম হেনগৎলক্কনি,
লৈখ্রগদবনি ঐখোয় পুম্বা ইনাক খুনবা খরগী খুত্তা ।
ঝাশিং অদু তাবদা
মৈরা পাইবী ইমাশিং অমমম অনি অনি চৎনখি ।
অহল অদুনা কবোক্লেদা লুপা চনি পিরগা হায়রম্মী ।
ইবেম্মা চৎলো নুমিৎনা ময়ুম চংদ্রিঙৈদা
অঙাং মরিগী ফি- রোল পাও শানবা লৈরুরো ।

- - - -

# আলেক্সজেন্দর অমসুং পুরুষ (পুরু)

তক্ষসিলাদা অমভীনা নিংথৌ ওইরিঙৈ
তুরেলগী অসোম ৱাংমদনা পুরুষনা নিংথৌ ওইরম্মী।
পুরুষকী লৈবাক ঙমখৈদি,
পংচাও চাওদে অপীকপা লম ওইরম্মী।
ঝিলম ১সুং চিনাব তুরেল অনিগী মরক্তা,
পুরুষ নিংথৌনা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লম্মী।
লৈবাক লৈহাও লৈবা,
পোখোক চাথোক মরাং কায়বা,
নিংথিরবা ফজরবা উহৈশিংগী
জঙ্গল অমসু লৈবদুনা,
উমংগী শা-উচেকশিংনা
মরাং কায়না লৈরম্মী।
চীংদা, উমংদা, তুরেল খোংনুংদ..
সনা, লুপা, মণিমুক্তা
মরাং কায়না ফংলম্মী।
পুরুষকী লম কল্লক মীহৌবনা
পুক্নিং লৈতানা লৈবা ঙল্লমদে অমভীনা।
কল্লক মীহৌ কোক্লবা
লম করাম চাওবদগী
খোংলোয় লাম্মী লিশিং খরগা লোয়ননা
পুরুষকী মথক্তা লান্দারম্মী।

অমভীগা পুরুষকা অকনবা লান থেংনবম্মী।
লানফমদুদা অমভী নিংহন্নরম্মী।
লাম্মী কয়া শিখ্রে;
কয়া অমনা চুজাকী ইংখোলদা চেনশিনখ্রে।
পুরুগী লাম্মীনা চুজাকী ইংখোল কোয়শিল্লম্মী।
মাইকৈ খুদিং চুজাক্তা মৈ চুরে।
মৈনা অকিবা ফংনা চাক্লম্মী।

লাম্মী খরা চেম্থোরক্লম্মী ।
পুরুগী লাম্মীগী তেন্দা থৱায় মাংখি ।
মৈনা চাক্লকপদা চেম্থোকফম খংদ্রবা লাম্মীশিং,
হিংনা হিংনা মৈ চাকখি ।
মতমদুদা পুরুষনা অমভীদা লাওরম্মী—
পাংদবা অমভী তাব্রা !
মীশি মীনা ময়ামসিগী
দাইথ্র্য নংনা পুগদবনি খংঙু ।

অমভী মরৈবাক্তা হনখিরম্মী ।
মথৱায় নুংঙাইতবনা খম থেংলম্মী ।
মতিক মপা চাদনা তৌরুবা থবক ওইবনা,
তুম্বা, চাবা, থকপা য়ারমদে ।
মতম চুপ্পা মখোয়দৌ শাওগৎতুনতা লৈরম্মী ।
লৈবাক্কী নুপী অঙাংশিংগী মিকপ মীরাওখোন্না
আতৈয়া পুম্বা নিল্লম্মী ।

লৈখিদ্রবা লাম্মীশিং অদুগী,
নুপী লিশিং লিশিংগী অন্দোলন অমা লাক্লম্মী ।
মখোয়না লাওরম্মী—
ঐখোয়গী ইচাশিং থাকপীযু .
ঐখোয় য়ুম পালহল্লু ।
অহলশিংগী অন্দোলন অমসু লাক্লম্মী ।
মখোয়না অতিযা পক্লা মতৌ অসুম্না লাওরম্মী ।
ইচাশিং লান্দা শিখ্রে, ঐখোয কনানা থাকপীনি ।
অন্দোলন হৌরকপশিং ফুবিনবা লৈরমদে ।
লৈবাক অসিদা নুপা মখৈ লৈতরে !
নুপা য়াওদনা করম হিংগনি ঐখোয় !
মবুকচেল ফবা লৈবাক ঙাকপদা হৈ শিংবা,
নিংথৌ পুরুষকী লম মিহৌবদগী
লান্দাশিনবদা শিখিবনি নপান্দশিংদো ।

নুপিশিং অদুনা লাওরম্মী—
তাও নিংথৌ অমভী—
ঐখোয়গী লৈবাক্তা মীনা লান্দাশিন্নকপদা শিবদি
চংনা স্বর্গ কায় হায়নৈদো;
লৈবাক প্রজাশিংনসু শাওদেদো;
হন্দক্কী অসিদি অদু নত্তে ।
নশাগী ওইজনবগীদমক
মীগী লম লৌগে তৌবনি ।
মসিদা মরাল লৈতবা ইপুরোইবা
লিশিং লিশিংগী থবায় মাংলি ।
নিংথৌ নংগী লৈজবা লৈবাক
অসিদসু ফজনা ঙাকপীবা ঙমদনা,
নহাক্না করিগী লম অমমুক পাম্বীবগে !
অমভী নিংথৌ নহাক্কী নরাল ঙাকপিফম লৈতে ।
খরনা লাওরম্মী- - অমভীগী মহুত্তা
মতিক চাবা কনানো অমনা নিংথৌ ওইবিয়ু ।
অমভীনা তৌবা থবক অমত্তা মায় পাক্রোই ।
সিফাই খজিক লৈবদু থাজিন্দুনা
অন্দোলনকারী ফুহল্লুই ।
সিফাই খজিক্তি কৈদৌরুনি !
মখোয় মখোয়না পায়বা চৈশিং
নুপী মীয়াম্না মুনবিখ্রে ।
নুপী মীয়াম অদুনা লাওরম্মী ।
মখোয়বু ফুবিগনু চৈদমক মুল্লু ।
মখোয় শিখিবা থোক্লবদি
মখোয়গী নুপী অওাংসু ঐখোয়গুম্না বাগনি ।

অসুম্না—
লৈবাক বাথোক ওইদুনা লৈবা মতম অসিদা
অমভী সিংহাসন্দা মিকুপ অমা ফমঙমদ্রে ।
মানা খল্লম্মী অসুম্না—
পুরুষতা ঐনা লান্দারুবদা

ঐগী ইজ্জৎ পুম্বা মাংখ্রবা !
লৈজবা লাশ্মী পুম্বা পুদুনা
পুরুষপু ফাদুনা থম্লগা;
মাগী লৈবাক মুনগনি খনখিবা;
অবেম্বা ওইবে হৌজিক্তী ।
ঐগী লাশ্মীশিং
অমত্তা লৈতবসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা,
মানা শোযদনা লান্দাবক্লগনি ঐগীদা ।
ঐগী লৈবাক তক্ষসিলা শোযদনা লৌখ্রগনি মানা ।
কনাগী মতেং লৌদুনা অমুক লান তৌগনি !
মানা ঐঙোন্দা লান্দাবক্লিঙৈদা ।

ঐ নিংশিংলে হৌজিক
অলেক্সজেন্দব কৌবা মেক্সেদোনিয়াগী
ফিলিপ নিংথৌগী মচানিপা,
লান্দা হৈ-শিংবা মীনা লাকচদবা নিপা
মাগী মতেং লৌগে ঐ ।
লৈবাক তঙ্খায তঙ্খায় য়েন্নসি হায়গে;
মানা শোয়দনা য়ারক্কনি ।
অদুদি মঙোন্দা কনানা পাও চৎহনগনি !
কনা থাসিগে, কনাবুনা ফগনি ।
মখোয়না হাযরুবদা যাবক্কদবা মান্দে,
অবোনবা ফি শেত্তুনা,
কনাদসু তাথোকক্তনা
ঐ ইতোমতা হেক্তা চৎখ্রগে ।
মীয়াম অমা শিবগী পাপ কোক্লবা লশ্বীদি
পুরুষকী লাশ্মীশিং তুম্না হাৎপা;
যুম কৈ তুম্না মৈ থাবা ।
করিগী ঙম্লোয়দগে মাগী মতেং লৌরগবু,
মাগী লৈবাক তঙ্খায় ঐগী লৈবাক্তা তিল্লনি ।

মতমদুদা অলেক্সজেন্দরদি গজনিদা লৈরম্মী ।
নিংথৌ অমভীনা কনাদসু তাক্লমদনা
গজনি (আফগানিষ্টান) দা অলেক্স উনবা চৎশ্রিঙৈদা,
প্রজাশিংগী অন্দোলন খাংওমদবদগী,
"নিংথৌ অমভী" মাংশ্রে ।
হিংঙি খংদে, চংঙি খংদে,
অহল ওইরবা নিংথৌ পুকফবা,
লৈবাক ৱায়েল বিচারদা হৈ-শিংবা,
ঐখোয়গী লৈবাকসু লৌশিনবীয়ু,
অতোপ্পা লৈবাক্না নিংথৌ লৈতে তারবাদি
লান্দাশিল্লক্কনিদো ঐখোয়দা ।
মবুক ফত্রবা অমভীনা
নুপা মখৈ খোমদুনা নংগীদা লান্দাবদা,
লোইনমক শিখিদুনা নুপীশিংতা ঙাযহৌবে ।
সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু;
লৈবাক কা[illegible] খোং [illegible] :
নিংথৌ নহাক্না [illegible]দুনা,
লৈবাক্কী অমোৎপা পুম্নমক শেংদোকপিগনি খঞ্জেদো ।
অতোপ্পা অমনা লান্দারক্ত্রিঙৈ
নিংথৌ নঙোন্দা শিন্নজগে।
হায়রম্মী অঙম্বশিং লাক্কুনা ।
পুরুষ নিংথৌনা ইংনা তপ্না তাকপিরম্মী ।
"অতোপ্পনা লান্দারকপদা ঐনা মাইয়োক্লগনি ।
অঙম্বশিং নুংশা থিবিগনু,
ঐগা অঙম্বশিংগা তান্নরগা,
লৈবাক ঙাক্লবা হোৎনসি ।
মতম খরা লাকপ্রা য়েংখিসি" ।
অঙম্বশিংনা হায়জরম্মী–
"মহাক্না লৈবাক ঙাকপা হৈতবনা
প্রজা ঐখোয ৱাবনি ।
মহারাজ নংগী প্রজানা নুংঙাইবগুম
ননাই ঐখোযস নংঙাইজনিংঙি ।"

খৃঃ মমাঙ ৩২৬ তা অলেক্সজেন্দরনা
হিন্দুকুশ চীংজাও লাম্বোরক্লগা,
ভারত্তা লাল লাক্লম্মী ।
মানা লাকপগী লম্বীদা,
খুঙ্গং কয়াগী, সহর কয়াগী,
মী কয়া কয়াগী মথাই মাংহল্লম্মী ।
ভারতকী লাম্মীনা লাল তৌনবা থোরকপদা,
অলেক্সজেন্দরনা ইশি শিনা নোক্লম্মী ।
'লাল তৌনবা থোরকপবু
নিংথৌনা শামু তোংদুনা থোরকপসিদি,
লৈবাক অসিদা লালবু
কুম্মে ওইনা য়েংনবোই ।
মীনা হাৎখিনি খংদবোই' ।
অলেক্সনা যাথং তাওথবম্মী
লাম্মীশা শগোল শামুদা তেন্না থাও !
মাগী হৈ-শিংলবা লাম্মী লিশিং তরানা,
শগোল শামুদা তেন্না কাপ্লম্মী
লাম্মী পুম্বা শগোল শামু থক্তগী
চীংদগী নুং ওন্থরকপগুম;
পুদ্রুপ পুদ্রুপ কেল্লম্মী ।
অমবোমদা ভারত মচাদি হিংশা তৌদে ।
শা-ষণ হাৎহৈদে ।
মরম অদু লৈবনা অলেক্সকী
লাম্মীগী শগোলশিংদা তেন্না থাদে ।
অসুম লাকপনা তক্ষসিলাগী লম যৌশিল্লম্মী ।

তক্ষসিলাগী নিংথৌ অমভীগা,
অলেক্সজেন্দবগা পুল্লগা পুক মাইকৈ পাংলক্লে ।
লাল লাক্লে তাবদা পুরুষকী লাম্মী পুম্বা,
লালগী থাং-তা, তেন, চুঙ্গোই পাইদুনা,
মাইকৈ মাইকৈ লেপ্লবম্মী ।
পুরুষকী মাইকৈদগী লালগী মোইরুং খোংলক্লে ।

অলেক্সগী লাম্মীশিং য়াঙ্গোয় শগোলদগী কুমথখ্রে ।
লিশিং লিশিংনা পরেং শেমদুনা
পবেং তরা লেংখ্রে ।
অদুদগী লিরুং চেৎনা পায়দুনা
শগোলশিংদা তেন্না কাপ্লম্মী ।
শগোল লিশিং কয়া তেনগী চৈনাখোলনা তুবদা;
লাম্মীশিং মকোক ঙাওরম্মী ।
থৌনা তঙ্খায় মাংখ্রে ।
হন্ন হন্না তেন কাপ্লম্মী ।
থাং, তা কয়া থিন্নরম্মী ।
অশোক অনা মথক্তা,
নেৎ নেৎতুনা তান্নরি অচেনববু ।
অশিবা লিশিং লিশিং ওইরে,
লালগী থাং-তা, য়ান্নবা থিন্নবগী,
অযো নাহেবগী খোঞ্জেন্না পিক থল্লম্মী ।
লাম্মী লিশিং লিশিং লানফমদগী হন্দোক্লখি ।
নিংথৌ পুরুষ লাঙ্গোয় তোংদুনা লাল য়াওররে
ঙাইহাক্কী মনুংদা লাঙ্গোয় শামু তেন্না পুময়োম য়োমখ্রে ।

অলেক্সজেন্দরগী লাম্মী মরক্তা
লাঙ্গোয় শামু চংলক্তুনা,
পুরুষনা অলেক্সকী লাম্মী হাৎখ্রে ।
শামুবু উশিত্তবা অলেক্সকী লাম্মী খরসু,
শামুনা নেৎখায়দুনা মাঙখ্রে ।
ঙায়হাক্কী মমাংদা নোক্তুনা য়েংলম্বা
অলেক্সজেন্দর ইঙক ঙকলম্মী ।
অলেক্সনা মেস্সেদোনিয়াদগী পৃথীবী
জয় তৌগে থোরকপদগী ঙসি ফাওবদা,
মাগী লাম্মী অমফাওবা শিখিদ্রি ।
ঙসিনা লানফমসিদা ইরাই লায়না
লাম্মী নিফু য়াখ্খে শিদোকখ্রে ।

ঙায়হাক্কী মনুংদা পুরুষকী লাঙ্গোয় শামু
খোঙনেৎশাগী মপাঙ্গল হল্লম্মী ।
মতমদুদা পুরুষনা শামুদা পানবা তেনশিং
লৌথোকপিরবদি মাগী মপাঙ্গল অমুক লৈগনি
অসি ৱাখল তৌদুনা মানা অলেক্সতা ওল্লগা লাওরম্মী–
'থৌনা লৈবা অলেক্স
লাল ঙাইহাক্তং লেপখিসি
করিসু খংজদবা শাদা
তেন ময়াম পানখ্রে
তেনশিং অসি শত্তোকপিখিগে' ।

ৱাফম অদু অলেক্সনা য়ারম্মী ।
পুরুগী লাম্মী খরা ঈশিং পুদুনা লাক্লম্মী ।
শামুগী মশাদগী তেনশিং অদু শত্তোক্লম্মী ।
ঈশিং চাইশিনবিরম্মী অদুগা শামুদা নুংশিনা চুপ্পীরম্মী ।

লঙজা উমাইবী ক্লাকশিংনা,
অতিয়াদা নুংঙাইনা পাইরম্মী ।
লম্লক্কী শাশিং থোরক্লুনা অশিবশিংবু য়েংলরি ।
শা খরনা মীওইবগী শদুম ফক ফক্লুনা চারি ।

অলেক্সজেন্দর হৌজিক পুরুষকী মনাক্তা লাক্লম্মী ।
মহাক্না পুকবু য়াম্না নুংশিরম্মী ।
পুকনা অলেক্স য়েংদুনা হায়রম্মী–
'থৌনা ফবা অলেক্স লাল অমুক হৌনবা তৌসি' ।
অলেক্সনা য়েংকী খুৎনা ওইগী পাম্বোমদা থল্লগা হায়রম্মী–
'লাল তৌবগুমসি নংনা লাল ঙম্লে
অহল ওইববা নিংথৌ
লাল নংনা ঙম্লে
ঐ নংগা লাল থেংনবরোই
শামুদা কাখৎকনু
নিংথৌ ঐনা নংগা মরুপ শান্নবা পাম্মী ।

নহাক শিবা কিদবা থৌনা লৈবা মীনি ।
ঐনা নং উবা নুংঙাই ।
নিংথৌ হায়য়ু নং ঐঙোন্দগী করি পাম্মী !
নং ঐগী মরুপ ওইরবনিনা
নংনা হায়বদো ঐনা শোয়দনা পীগনি' ।

পুরুষনা চীং লেম্না পাওখুম পিরম্মী ।
'অলেক্স ঐগী লৈবাক পীকই ।
অদুবু ঐ লৈবাক অমগী নিংথৌনিনে ।
নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদা চৎপা
অদুনি ঐনা পাম্বা' ।

অলেক্সজেন্দরনা হায়রম্মী—
'মরৈবাক্কীদমক্তা থবায় কথোক্কে থোরকপা
নংগুম্বা মীবু ঐনা ব্যবহার তৌজে ।
নহাক অদুক থৌনা লৈরমগনি হায়বসে·
ঐনা থাজরমদে ।
পাংদবা নিংথৌ অমভীনা ঐবু
নংগীদা লান্দানবা কৌরকপনি ।
ঙসিদি ঐ নুংঙাইরে ।
ঐগী অসেংবা মরুপ অমা ফংজরে ।
ঐনা নঙোন্দা খুদোনপোৎ ওইনা
অমভীগী লৈবাক তক্ষসিলা পিরবনি ।
নংনা হরাও হরাও লৌবিগনি ।

পুরুষকী নঙ্গন্দা অলেক্সনা নানবিরি ।
অলেক্সকী নঙ্গন্দা পুরুনা নানবিবি ।
ওম্ভোকপা মতৌনি য়েংবদা
নুংশিনবা হায়বসে অসুম্না তৌনবোইরে ।
মখোয়গী মতৌ উবদা
অশোক অনা ফংলবা লাম্মীশিংসু
মবুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকচরম্মী ।

- - - - -

# তাউনে কনানো

ইরাবত, ইরাবত ।
কপ্লি নুপী খোঞ্জেন্দা
কৌরি লৈজবী থাদুনা ।
তাংবো চীংলক্তা,
ইরাবত, ইরাবত ।

নিংথৌ শাসন মুখৎপা;
বৃটিশ শাসন মাংহনবা;
অঙম্বশিংগী মমু য়েথৎপা;
ঙমখিবনি নহাক্না ।
নিংশিংলি নংগী থৌনা ।

নিংথৌগী মজা ইবেম্মা পান্নদুনা;
দর্বার মেম্বব ওইদুনা;
দোলাই ফৈনা তোংদুনা,
মীনায় মীশন থমদুনা,
নুংঙাইনা লৈবা পামদবা,
মীয়ামগী লুচিং পুবেল
কখোকপদনা নশকুক ওইবা,
জন নেতা, জন নেতা ।

কপ্লিনহে কনানো তাউনে মুন্না !
চীংগী নাপোমশিংদা,
খোম্থাং যৈবি হন্ন হন্না ।
পেন্দবগী কপ্পনি,
নিঙমদবগী মৈচাক্না খোম্থাং যৈবনি ।

তাউনহে কনানো কপ্লিবসে !
চীংগী লাইবেম্বীবা,
ব্রহ্মদেশকী লাইরেম্বীবা
মণিপুব ইমাগী খোঞ্জেল্লা !

নংনা তৌরম্বা থবক্তা,
ইচাশিং চরা নাম্মদি চাজরে ।
চরা অনি চাজনবা ইচাশিংনা,
হল্লকখো নং অমুক্তংগা ।

----

## ইবোহলগী অনিঙবা পাংথোকপা

ইবোহলনা মচিন মনাও অহুমগী অহন্নি ।
ইবোহলনা লৈমহল লূহোংলম্মী ।
ইখোলগী মখারোম থংবা
পোইন্ট ৭০গী শরুক মাগী লম্মি ।
এল মানবা কা মঙাগী য়ুম অমা,
মপা মমানা হন্দক্তা শাবিরম্মী ।
লূহোংবা মতুং থা অহুম লৈরগা
মখোয়বু মমা মপানা তোঙান পিজরম্মী ।
মখোয় অনিমক মহৈ মশিং হৈ ।

লুহোংবা মতুং থা মঙারোম লৈরগা,
য়ুম অদু থাদোক্কুনা চীংগী খুল অমদা লৈখি ।
অঙাং খরা খোমজিল্লগা লাইরিক তম্বীরম্মী ।
অঙাং অমগী চহিদা ফৌ তিন ১০/১০ ফংলম্মী ।
চহি অনি অহুম লৈরগদি থংনবা খুলগী অঙাংসু লাক্লম্মী
চহি মরি লৈরগা খুনগী পাষ্টর, সেক্রেটবিশিংনা
হোৎনবগী মপান্না
স্কুল অদু গর্ভনমেন্টনা লৌশিল্লম্মী ।

ইবোহলগা লৈমহলগা মথংশিংনা
হেদমাষ্টব ১সুং সেকেন্দ মাষ্টর ওইরম্মী ।
মসিদি মখোযদা মঙগুম থোক্লম্মী ।
গ্রেজুয়েৎ পে মতৈ- মনাওনা ফংলম্মী ।
মখোয়গী থোযদোকপা খবচ তৌফম লৈরমদে ।
হৌজিক ফাওবা মচা পোক্ত্রি ।

গর্ভনমেন্ট স্কুল ওইবদগী চেংদংদি ৱাল্লে ।
‘লেম্ব সেভিং ইউনিট’ তা শেল থমজিল্লম্মী ।
ছুটি শাংনা লৈবা নত্তনা মখোয় ইম্ফালদা থোরক্তে ।
থোরকপা খুদিং লৌ লৈশিল্লম্মী ।
শেল তুংশিনবা ওখাক কল্লম্মী ।
মতৌ অসুম্না চহি কুম্থারোম চীংদা ওজা ওইবদা,
খ্বাইলমপন বজারদা অচৌবা দুকান অমসু লৈশিল্লম্মী ।
দুকান অসিদগী ভারা থাদা লুপা লিশিং তরা ফংলম্মী ।
ঙসি ফাওবদা লৌসু পরি মঙাগা পোইন্ট ৬২ লৈশিল্লম্মী ।

মখোয় অনি পেন্সন ফংগদবা চহি অমরোমদা ঙায়রম্মী ।
মচাদি পোকত্রে অদুবু অঙাং অমা য়োক্কেদি খল্লি;
অহল ওইশিল্লক্লগা মখোয় অনিবু শেন্নবিনবা ।
ঙসি ওজা ইবোহলনা মহৌশাগুম অয়ুক্তা খবর পারম্মী ।
খবরদা মহাক্না থম্মোয় শোকপা মতাং অমা থেংনরম্মী ।
ৱারীদি অসিনি–
ইম্ফালদগী খারোমদা কিলোমিটর ২২/২৩ চৎলগা লৈবা
খুঙ্গং অমদা থোকখিবনি ।
অহল অনিদুনা মচা পোক্তবদগী অঙাং অমা য়োকচরম্মী ।
পোকপদগী য়োক্লকপা অঙাংনা
চহি তরা শুরবা কান্দা হাংতোকপীরগা,
চরু পৈফমদা মৈ থাবগী মনম্না,
মী কয়া কয়া ‘করি মনম্নো’ ‘করি মনম্নো’,
চেনশিন্নদুনা য়েংনরম্মী ।
ওহ্লোকপগী মতৌনি,
‘অঙাং অসি শিরগা
খুরাতোনগী লৌ ইথ্োল ঐখোয়না লৌনবা তৌবনি’ ।
খুমলম্মী পুলিসতা ।

‘মীগী মচাবু ইচা ওইনি য়োকপীরগা,
ইনাওগী মচাশিংনা হাৎপিখ্রবদি,
ঐখোয় করি ওইরনি ।

ইনাও অমগী মচাশিংদগী অমগা হেক লৈমিন্নরগে ।
মদুসু ওইবা হেক য়ারোই;
ইনাও অমনা হাত্তোকপিগ্রদি কমদৌবা !
অঙাং কৌবদা য়োকখ্ররোই খনখ্রে ।

ওজা ইবোহলগী য়ুমগী অৱাং থংবদা,
কা মরিগী এল মওংদা য়ুম মচা অমা শারম্মী ।
য়ুম অসিগী নোংপোক থংবা শুমাংগী শরুক্তা,
য়োৎনা মখোং ওইরগা চাওবপ তৌবা শঙ অমসু শারম্মী
হোলিদে ওইবা মতমদা মানা ময়ুমদবু থোরক্লবদি
দরকার ওইবা থবক অমা তৌরম্লগা চৎখি ।

মতম খরা লৈরগা মখোয় পেন্সন ফংলম্মী ।
চীংগী ভিলেজ ওথোরিটিশিং, ওজাশিং, ছাত্রশিং
খুঙ্গংগী মীশিং পুমনমক্কা অরৈবা খরা খরা পুথোক্লবগা
চামিন থর্কামিন্নরবা তুংদা খুদোলপোৎশিংগা লোয়ননা
মখোয় ময়ুমদা হল্লক্লম্মী ।

ময়ুমদা নুমিৎ খরনি ইংখোল কোইদুনা লৈবম্মী ।
অদুদগী একাগারী তোংদুনা চৎখ্রগা
মরুপ মপাং অমা অনি উনরম্মী ।
অদুদগী মহাক কালাপাহাবদা চৎলম্মী ।
অদুদগী অমুক হঙোই পাত্তা ঃ
মরিনি শুবা নুমিত্তা
নেপালি নহা মতৈ মনাও মচা অমগা লোয়ননা,
ওজা ইবোহলগী য়ুমদা চংলক্লম্মী ।

মথংগী নুমিত্তা বামন অনি কৌরগা
চাক এঙ্খাং হেক্তা থোংগৎহল্লম্মী ।
ঙবাং নুংথিল ইবোহলনা য়ুম শঙ্গাবা য়াওহন্নিংবা
মী খরগা, মনাও আনগী ইমুংগী মীশিংগা
চাকলক লা ৬০ মক থাবম্মী ।

চাক চারমদাইদা বামন্না পুজা তৌরম্মী ।
ইমুং মনুং কোইচং চংদুনা,
মচিন্দা মন্ত্র থীরগা ঈশিং খিক্তোক্লম্মী ।
বামনগী থবক লোইরে;
য়ুম শঙ্গাবা হায়বদো কারে ।
নেপালি মতৈ মনাও মচা অমগা লোয়ননা,
য়ুম অদুগী মনুংদা চংহল্লম্মী ।
ঙসিদগী য়ুম অসে নখোয়গী লৈফম ওইরবনি ।
নেপালি মতৈ মনাও পুমঙক ঙক্লম্মী ।

বামন অনি চাক এঙ্গাং য়েনবা হৌখ্রে ।
মতমসিদা ওজা ইবোহন্না ব্রা খরা ঙাংজরম্মী ।
'শঙ্গাবা অসিদা লেংবীরকপা মরুপ মপাং, ইচে ইচলশা !
ঙসি মীতৈ ঐখোয়গী চৎনবীগী মতুং ইন্না,
য়ুম চংনবা শঙ্গাবা হায়বদো তৌজবনি' ।
নেপাল ইবুংঙো ইবেম্মা অনি মচাগা লোয়ননা লৈনবনি ।
ঐনা মখোয় অনিবু খল্বা খল্বী হায়না মীং থোল্লে ।
ঐনা মখোয়বু ঐগী ইনাক্তা লৈহন্নিংবগী মরমদি,
ঐনা শুনিংঙগা শুবা ঙমদবা থবক শুবিনবনি ।

ঐখোয় অনি চহি ৭০ তানখৎলক্লে ।
লৈতবা লায়বকদগী, থবক শুফম নোম্ফম লৈতবদগী,
ঐখোয় চীংদা ফৌ খবা ফংনবগী শঙ অমা শাবগা,
অঙাং লাইরিক তম্বীবকখি ।
অদুদগী চহি খবগী মতুংদা গর্ভনমেন্ট হায়স্কুল ওল্লে ।
তলবসু গ্রেজুয়েট স্কেল ফংলম্মী ।
ফমদুদা চেং নত্তনা অতৈগী ব্রানিংঙাই লৈতে ।
ম মে অদনা ঐখোয় খবচ তৌখিদে ।
লাইবক থীবদগী ইচাসু মীৎতা উজদ্রে ।
ঐখোযবু অহল ওইরক্লগা কনানা সেবা তৌবিগ'ন ।
অসিত্তা খনবদা অৱাবা অমা ওইক্রে ।

ঐনা পোকপা নৎত্রবসু ইনাওনুপাগী মচাশিং মশুশিং য়াম্না লৈ ।
অদুবু মখোয় অঙাংশিংসে মহৌশাগী অঙাংদু নত্তে ।
নোংঙানবগা তুইসন, স্কুল কাবা হল্লক্লে তুইসন,
ঙাইহাক্তা শংদে মখোয়, কয়াদা থবক চিঞ্জখ্রবা ।
হন্দক থা অমরোম হেল্লে, ঐনা যুমদা লেঙদনা লৈবা;
ইশু অপিকপশিং তুবৎ তুবৎ চেনবা নত্তনা,
পাওখোল হাযবা য়াবা অঙাং অমত্তা উদে ।
পাওখোল শিফম লৈতে, করিনো মসিদা তৌগদবা !
ঐখোয়না নোংমা নোংমগী হকচাংগী সেল শিথরক্তুনা
পাঙ্গল ময়েং তাশিল্লকই, কোক পিশুম ভৌরক্লে,
ঊনশাশিং খুইরক্লে, কল্লাক কুরু শুংলক্লে;
ঐনা তৌগদবা থবক মী তৌহন্নিংলে ।

অয়ুক নুংথিল নুমিদাংদা, হেক ঙমদবা পুংজাদা,
ঐখোয় অনিগী সেবা তৌবীনবা
নেপালি অপাম্বা থিবা চৎলুই ।
চহি খরা হেনখিবা পামদে ।
অঙাং ওইদা ওইরবসু পামদে ।
নুপী অঙাং লৈরবা নহা পাখং পাম্মী ।
নুপানা নুপীগী সেবা তৌনদে
নুপীনা নুপা অহনগী সেবা তৌবা নুংঙায়গদবা মান্দে ।
অদুননি ঐনা মতৈ মনাও দরকার ওইবা,
ঐনা খম্বগা হায়নগদবা হায়ননি ।
লৈমহলগা খম্বীগা হায়নগদবা হায়নসনু ।

খম্বা চহি ২৩ গী অঙাংনি ।
ঐনা অৱাং ওল্লে অয়ো ইমা, মখা ওল্লে অয়ো ইমা,
তৌরবা মতম অদুদসু মাদি অদুম নহা ওইখিনি ।
মখোয় অনি ফংবদা ঐখোয় অনি হরাওই ।
শিরোই নারোইদবা মাল্লি ।

লৈকাই অসিগী অঙাংশিং অহলশিং পুম্নমক্না নুংশিবিদুনা;
জাৎ, কুচু, ধর্ম্ম তিন্নদবরোমদা খনবিদুনা

মখোয়বু ফুবি চৈবিবা তৌবিদনবা,
ঐনা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা ভক্তি কচ্চবি ।

মতমদুদা বামন্না চাক তাক্লরে ।

চাবা থকপা তোক্লবগা লৈকাইগী মীশিং ফক্তা ফন্নরম্মী ।
মতমদুদা মখোয় খবনা মনাকোংদা ব্রা খরা হায়নবম্মী ।
নেপালি খম্বা খম্বী অনিমক,
মখোয় মখোয়গী ফমুংদা ফমহল্লরম্মী ।
মীশিংনা মখোয়দা লুপা তবাচৎপী অমমম পীবম্মী ।
অদুগা হায়রম্মী- -
ঙসিদগী নখোয় অনি অহল অনিগী সেবা ফজনা তৌবিয়ুকো ।

য়োংনা মখোঙ ওইবা ওজা ইবোহলগী শঙ,
চেক্লা ফক্লাং খাজিনখ্রে ।
থোঙনাও মবি, থোঙজাও অনি পাল্লি,
কাদুগী মনুংদা টেবল অমা, চৌক্রি অমা থায় ।
অপাকপা গাড়ি অমা, সোফা খরসু থায় ।
টি, ভি, অচৌবা অমি. রেডিও অমা লৈ ।
ফক্লাংদা ঘড়ি অমা, মহাদেশ তরুক্কী মেপ,
ইন্দিয়া ১সুং মনিপুরগী মেপসু থেৎলি ।
মফম চানা থম্লীদ্রিবা
যাইমরপ চাওবা গ্লোব (ৱারল্ড গ্লোব) অমা লৈ ।
ব্লেক বোর্ড, চোক. দস্তর লৈ ।

চহি হুম্ফুগী মথক্তা লৈবা মরৈকায় মচাদা
মানা হায়জ চচ্চা তৌরম্মী ।
হযেংদগী ঐগীদা চা থকসি, লেংবীরকউ ।
চহি হুম্ফু হেল্লবা নুপী নুপা কয়া
মাগীদা চা থকপা লাক্লরম্মী ।
খম্বা খম্বীগনা মখোযদা চা, তল পীরম্মী ।
খবর পানিংবনা পাবা, বেডিও তানিংবনা তাবা,

টি, ভি, য়েংনিংবনা য়েংবা তৌনরম্মী ।
অহল পুন্নমক্না মবান্নিবু থাগৎলম্মী,
'ওজা ইবুংঙো মতম কুইনা নাদ য়েক্তনা পাম্বীয়ু ।
ওজানা হিংলিখে ঐখোয় চা থকচদৌবনি ।
ওজা হিংদ্রবদি ঐখোয় হান্নগুম ত্র'গনি' ।

ওজা ইবোহলনা খোঙনা চৎতুনা,
কবিগুম্বদা একাগাড়ি তোংদুনা,
হৌখিবা চহি কুম্থ্রা নিফু উনখিদ্রবা:
মরুপ মপাং উন্নবা চৎলম্মী ।
ময়ুমদা চংদ্রিঙৈদা মানা অহানবদা লৈকায়গী মীদা হংলম্মী ।
মহাক কমদৌবিবগে ?
হিংলি হায়রগনা উনবা চংলম্মী ।
লৈখিদ্রে হায়রগনা মহাক মতৌ করম্না লৈখিদবগে ?
শিরমদাইদা করম্না লেনখিবগে ?
অসিনচিংবা য়াম্না কুপথনা হংলম্মী ।

মহাক্না স্কুলগী হেড মাষ্টব ওইরিঙৈদা
রিটয়ার্দ তৌখ্রবা ক্লার্ক, এসিষ্টেন্ট দিবেক্তব, দিবেক্তর,
মীনা য়াম্না ব্যাবহার তৌবিখিবা মীশকশিং অদু
ঙসিদি মচা মশুশিংগী মখাদা য়াম্না তোন্না হিংবা থেংনরম্মী ।

নোংমা ওজা ইবোহলনা মখোঙনা লম্বী চৎলিঙৈ
খোঞ্জেল অমনা মাগী মনাকোংদা য়ৈবম্মী–
'হে অহল নংনা তৌরিদো করিনো
নং ঙম্মোই হায়রেদনা, তৌনু হায়রেদনা,
কনা লৈ অহনসে শোবো শোবো লাক্নুনা চিংশিল্লু' ।
বাহৈশিং অসি অঙাং অমদদি করিস নত্তে ।
ইন্নাই লাইনা হায়দোকখি, ইবাই লাইনা তানি
অহল ওজা ইবোহলদদি ব্রজনা লন্নাইদা য়ৈবগুম্মী ।
ওজা ইবোহল লন্নাই পাইরগা ফমগবম্মী ।

ওজা ইবোহলনা মতোমতা শোঞ্জরম্মী–
'থীদা লব্রাই মচা সিদে মপাবু অসুম্না হায়রিবা'
ঙসিগী অহলশিং মতম খরগী মমাংদা–
অকনবা পাখং ওইরম্মী ।
শেল তানবা য়াবা তান্দুনা নুপী অঙাং থাক্লকপনি ।
অহল অসি মতমদুগী পাখং অদুনি' ।

'নংসু অহল ওইগদবা কুইদ্রে ।
নুপী অমা লুহোংবিরনি;
নচা লাই খরা পোক্লক্কনি ।
নচা লাইশিং অদু পীজনবা হোৎনবদা,
ঊনা ঊনা ঊন্ খুইজিল্লক্কনি, শম ভৌরক্কনি ।
মতমদুদা নচানা নঙোন্দা
চৈনা কল্লম্লগা চেনখিনি ।
[illegible] বক্কনি- - হে অহল কমদৌই;
[illegible] থবক্তা খুলং লমন তৌনগুমসি' ।

ইবোহলনা সেক্রেটরিয়েটতা থবক তৌরম্বা
নিপা অমগী য়ুমদা চংলম্মী ।
নিপা অদুনা ইবোহলদা ব্রারী তৌবম্মী ।

'ঐনা মন্ত্রিগা এম,এল,এ গা মান্নরগা
লৃপা লিশিং মঙা, তরা, কুন লৌবা তৌদুনা
[illegible] মচা থবক পংহাপ্তা হাপলম্মী ।
[illegible] পেন্সন ফংগদবা চাহি মঙা ব্রাৎলিঙৈ
নোংমা ইখং খংহৌদনা,
ঐঙোন্দা ফোর্স রিটয়াযমেন্টকী চে [illegible] পীরম্মী,
ইচানুপানা নহানখে--বাবা নং অচৌ অশাং [illegible]
মন্ত্রি এম, এল [illegible] চান্নবি[illegible]
ঐবু থবক ভৌহলহ্নৌবে[illegible] ।

‘থবক তোকপদি অরায়বনি ।
ইচা থবক তৌহলহৌদবসে কমদৌবা তারি ।
অফিস কাদ্রবনিনা, ইচাসু থবক তৌহলহৌদ্রবনিনা,
থৱায় নুংঙাইতনা ফমুংদতা লৈরম্মী ।
নুপী অঙাং খংলক্লে:
ঐবু মীওইবগী ৱাহৈ হায়খিদ্রে ।
ঐমুক পঙবসে কনা লৈরমগদগে’ ।

‘ইবুঙো শাওনু ইপা লাল্লে;
ইপা পৈশাদা উরুরে’
‘মীগী মচা থবক হাপ্পদি শৈল ফংই;
ঐগী ইচা হাপ্পদা শেল খরদসু চৎখিনি ।
ইপানা খনখি চহি অমা অনিদং লৈরগা তৌহনগে’ ।
ইপা হয়েংদি নংগা চান্নবা থবক থিরুগে ।

‘ববা ঐ থবক তৌদ্রদি ববাগী পেন্সন চারোই ।
ঐ থবক তৌহল্লু কয়ারক হায়বনি ববাদা,
ববানা মন্ত্রি এম, এল, এ তিন্নরিঙৈদা,
হৌজিক্কী তিন্নদ্রে পেন্সন ফংলে:
মখোয়না ববাবু থওইবিররোই ।

ঐ নুপী অঙাং লৈরবনি ।
ববাগী পেন্সনতনা হিংবা ঙম্মোই ।
করিগুম্বা ঐ থবক তৌদবা তারবদি
অঙাং তুইসন তৌগনি,
অফং অফংবা থবক শুগনি ।

মপানা এম, এল, এ অমদা
য়াম্না চেকশিন্না হায়নদুনা
লুপা লিশিং ৫০ পীশিনখ্রে ।
‘শোইবীবা য়াদেকো এম, এল, এ সাহেব,
হৌজিক ঐ মীঙোন্দা হায়জবা ইকায়কো,

সাহেবনা অমুক্তা নুংশিবিয়ু ।
সাহেবপু খুরুমজরি' ।

'তৌনিদা তাদা তৌনিদা,
করিসু নুংঙাইতবা খনবিগনু
ননাও লৈরিসিদি' ।

'করি হায়বা সরকার কায়বে',
প্রসিদেন্ট রুল চলাইরে !
ওঃ ঐ মাংজরেদনা ' !

'এম, এল, এ সাহেব নমস্তে'
'নমস্তে তাদা
করি হায়নিংবা'
'খরক্তুবু য়াখিদ্রা
করি য়াদদগে তাদা
অমুক যাম থুনা শেমগনিদা
অদুদা তারেদনা' ।

অসুম তৌনা চহি অমগা মখায় হৌখ্রে:
সরকার অদুম শেমখিদ্রে ।
ভোৎ অমুক তৌনবা তারে ।
গোর্ভনমেন্টকী ওর্দর অমা থোক্লক্লে,
ইমপ্লোয়ি সর্পলাস ওইরে;
থবক হাপ্লা লেপখিনি ।

এম, এল, এ হন্দক্তী কাদ্রে, সেকেন্দ তারে ।
'ইবুংঙো সাহেব শেন্দো হন্দোকপীবনা ফরোইদ্রা' ?

'তাদা ভোৎ লেপ্লদা শেল য়াম্না পুখখ্রে
থা খরদি ঙাইবিয়ুনে'।
'সাহেব উপাই লৈতবা হায়বদো ঐ ওইরে' ।

'শেল হল্লকখিদ্রে ।
ইচাসু থবক তৌবগী মতম হেল্লে ।
হৌজিক ওজা ইবোহল চাবদি চারি;
মীমান্ননা হিংবা হায়বদুদি ওইদ্রে' ।

ইচানা ঐঙোন্দা শাওরিবা,
ইমৌ নুপীনা ইশৌ লাংঙিবা,
মী উবদা ইকায়রবনি
মীনা ঐবু অঙাওবনি হায়নরিবা,
পুম্নমক অসি ঐনা ইচা থবক তৌহলহৌদনা থোকইবনি ।
কমদৌনা হিংহৌগনি মখোয়
ঐনা থুপশ্রবা মতুংদা ।
ইচা মকোক চাওহৌরনি,
অসিদা খন্দুনা লৈরে,
ওজা ইবুংঙো !

ওজা ইবোহলনা অহল অমগী যুমদা চংদ্রিঙৈদা
যুম্লোন্নবা ইমুং অমদা চংলগা হংলম্মী ।
ইবুংঙো মখাথংবা ইংখোলদা লৈবা তাদা কোকঙাং
অনা অয়েক য়াওদেকো ?
অঙাংনা খুম্মী- - মশা শোল্লে চোইত্রং পাত্রং ঙাংলবনি,
ঙাংনবা য়াম্না ব্বারবনি ।
ইবোহলনা চংদুনা মহাক্কা ব্বারী শান্নরম্মী ।
চা গ্লাস অমমম থর্কমিন্নরগা
ওজা ইবোহল ময়ুমদা হল্লক্লম্মী ।
চৎলমদাইদা মানা মচাদা হায়রম্মী-
অহলবু লুনা তৌবীয়ু ।

হৌজিক চংলুবা অহল অদু
মচা মমৌ মশু অহুমগা
মখোয় তরুক চাবম্মী
হনুবা থবক তৌজরম্মী ।
থাগী পেন্সন ফংলম্মী ।

অয়ুক নুংথিলদি মীগী মনিল তাবনরা,
উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেনশিংনরা,
নুংশাগী মৈশাদা নুংঙাইবা ফাওবনরা,
থোয়দোক্লা অৱাবা পোক্লমদে ।

মহাক অহিং লাক্কনি খল্লুবদা কিরম্মী;
অহিংদা ঈশিং তোইনা চৎলি ।
তুমগে তৌবদা হৌদোকপীরকই ।
হকচাং ইতৎ তৎথৈ,
পাঙ্গল থৌনা য়াওদে,
অমঙ্বদা ফমুংদা তুমিন্না ঙায়হাক ফম্মী ।
কৌজেং হারৌগী মখোলনা নিল্লি;
অরাপ্পদা হুইনা খোংবগী মখোল তাই;
ইচিক চিক্লদনা ইং ইং লাওরদনা,
নুংশিৎসু লিরি লিরি থোঙনাওদা ফাওজিল্লকই ।
অমুক হিপথরম্মী, তুমথগে তৌবদা
মপাল থোক্লবগী হৌদোকপীরকই ।
অহিং ওইহন্নিংদে অহিংবু চৈ থাংঙি ।

য়েনবানা খোঞ্জেল ৱাংনা খোংলক্রে ।
উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেলসু তারক্রে,
অমম্বা পুন্নমক কাচিন কোয়া থিরক্রে,
নোংঙাল্লকপা হায়বদু ওইরমাল্লে ।

ইচাশা ইশুশা চা অমত্তা থক্কে:
তলসু অমা য়াওশিল্লকউ ।
তখবনা ৱা ঙাংবা থোক্রে:
নখোয় কনা লৈবগে !
কনা অমত্তা তাদ্রবরা ?

ঐনা হেক লাওবগা খোংবগা তৌদ্রদি
হরাও হরাও চা পীথকপা মবৈখিদ্রে

ঐ অসিবু নখোয়গী কনানো ?
কৈদৌগে নখোয়বো খরা ঙম্না হৌগত্তুনা,
চা নুং থৌরাং তৌবা ইচাশা !
নখোয়গীদা য়েংগনু অহল ঐগীসু ময়েংউ

ঐনা উখিনি খন্দুনা,
ঐনা থৌদারক্কনি নিংদুনা,
নখোয়না থোংনাওগী মপাদা,
পাকথ পাকথ চৎপদো;
ঐ করিগী খংঙোইদগে !
লাকও চা তল পুরকও,
পত্থবনা ইশাসে য়াম্না শোঙ্হরে ।
নখোয় ঐ লৈরিসি কাওব্রো !
ঙাংঙি শকই লাওরিসে ঐনে,
ঐগী পুকসে য়াংদা নপপ্রে ।

ইচাশা ইশুশা ঐগী পৈশানা চাজবনি ।
নখোয়গী নরল চাগে হায়দে,
ঐসে সরকারগী থবক তৌরম্বনিনে,
পেন্সন ফংইবনি থা খুদিংগী ।
নখোয়না ঐবু করি ওইনা উবগে !
লাকও চা পুরকও,
থুরবনিনে থুরবা !

ঐখোয়সু নহা ওইরম্মী,
অহলবু লুনা চান্না তৌরকই,
অহন্না হায়রিমখৈ ইল্লকই,
হৌজিক কালগী অঙাং নখোয়,
ভুৎ প্রেৎনা ওল্লকপ্রা ।
ঐঙোন্দা থীনা তৌনুকো ।
শাপ হেক্তা তৌদৌনি ।
ঐঙোন্দা থীনা তৌরবদি,
নচানসু নখোয়বু থীনা তৌনি ।

ইশুশা ঐবু ঙাওরে খনব্রা !
মৌ নং ঐবু পেং চোইরে নিংব্রা !
ঙাওরবসু পেং চোইরবসু
চা থক্লিংঙি, চাক লাম্মী ।

ইবোহলনা ফৈজোম শেৎলগা,
একাগাড়ী অমা তোংদুনা,
মরুপ মপাংশিংগী য়ুমদা চৎলম্মী ।
মানা চৎপা চৎপা খুল লৈকায়,
য়ুম্নাক মমিং, চহি পুম্নমক,
মাগী ডাইরিদা ইশিল্লম্মী ।

অহলশিংগী অবাবা, নুংঙাইতবা, খুদোংথিবা, অসি উরগা,
বাদনবা করি তৌসিগে খল্লম্মী ।
হৌজিক মহাক বুদ্ধদেবগী পাওতাক পাল্লম্মী ।
ঐনা ঐখোয় লৈকায়গী অহল ৫০ মুক্তং,
চহি কয়া লিশাং শিংনা লাক্কদবা,
অহল মরোল কয়া,
মখোয় নুংঙাইনবা হোৎনবদা,
মতেং খরদা ওইরবসু পাংলমগে ।
অসি খন্দুনা মহাক থবক পায়খৎকে লেপ্লে ।

:

মহাক্না চেক শুবা, য়ুম শাবা মী কৌরম্মী ।
চেক, বীলামাটি, য়োৎ, নুঙ,
য়ুম শানবা দরকার ওইবা পোৎ পৈরম্মী ।

মাগী শুমাংদগী ফুট ১৫ পাক্লা
অদুগা নোংপোকলোমদা ফুট ৬০ শাংবা
লম কন্দুনা অনাবা লৈনবা শারম্মী ।
মদুবু মানা কা তরুক থোক্লা খায়দোক্লম্মী ।
মনুংদা কা খুদিং উনবা য়ানবা,
থোঙনাও মপা চুম্না চুম্না ফাৎলম্মী।

চংথোক চংশিনগী থোংজাও অমমম পাল্লম্মী ।
ফমুং কাংথোল খরা শাদুনা থম্লে ।
পুম্নমক অসি শেম শাবদা থা তরুক চংখ্রে ।

শাবা লোয়রবা মতুং থা খরা লৈরগা
ওজা ইবোহলনা নোংমা ফিজিওথেরাপিষ্ট অমা উন্নবশ্না
অয়ুক পুং ৬.৩০ দগী ৮.৩০ ফাওবদং,
অফিস কাদ্রিঙৈগী মমাংদা মাগীদা থা অহুমদং,
হেক হেক লাকপীনবা হায়জরম্মী ।
ওজা ইবোহলনা অসিমসু হায়জরম্মী,
"কনাগুম্বী লৈশাবী অনি,
শিনফম অসিদা পামজবা লৈরবদি,
ইবুংঙোনা তম্বীরগা থম্বীরমউ ।
থা খুদিং মতিক চানা তলব পীজগনি" ।
থেরাপিষ্ট নহা অদুনা য়াবিরম্মী ।
লাক্লিবা মে থাগী তাং ২ অয়ুক্কী পুং ৬.৩০ [illegible]দা
শোয়দনা লাকচনি হায়বিস্কখি ।

অঙৌবা ফিজোল শেংপী লৈশাবী অনিগা লোয়নননা
ফিজিওথেরাপিষ্ট নহা অদু,
ইবোহলগী য়ুমদা লাক্লম্মী ।
ইবোহলনা মখোয় অহুম্নু তরাম তপাম তৌরম্মী।
চা থকমিন্নরম্মী ব্রাবী ব্রাতায় শান্নবম্মী ।

ওজা ইবোহলনা লৈশাবী অনিদা য়েংলগা হায়রম্মী ।
"ঐনা অমুক হায়জদ্রবসু
ইবুংঙোদগী মরম পুম্নমক খংবিরমগনি ।
হৌজিক্কী ওইনদি অয়ুক্কী পুং অনিদং ব্রাবীবা তারে ।
মতুং অমুক মওং য়েংলগা শেমদোকসি ।
ইবুংঙো থেরাপিষ্টনা থা অহুম লৈবীরিঙৈ অসিদা
ইবেম্মা অনিনা খংজিনবা য়াবা খংজিনবীয়ু।
মাসু মরক মরক্তা লাকপীগনি হায়রি"।

নুমিৎ অদুদা ইবোহলগীদা চা থকপা লাকপা
শিংলি নাওরি শোল্লবা,
চখোক চশিন্দা য়ারবা অহল খরদি,
তেরাপিষ্ট নহা অদুনা,
অঙৌবা ফিজোল শেৎপী লৈশাবী অনিদুদা,
তাক্লা তাক্লা শিংলি নাওরি পায়হল্লম্মী ।

অহল অমনা হায়রম্মী—
অহিং হেক য়ৌরকপগা চিকপগা, শাবগা,
খাংবা ঙমদবা নুমিৎসু য়াওরিবনিদো;
ইচাশিংদা গুলি অমা অনিদং লৈবীরকউ;
কৈদৌগে চীকপা অসিদং ফনবা;
চীকত্রবদি ঐবু হিংখিনিদা ।
থুনা শিয়র্বদি হেক ফগদবা !
অদুসু হেক য়াদেনে তৌবিসে ।
নাংমতা হিদাক লৈরকপা লৈতে;
ফনা ঙাংজে তাবীবা লৈতে ওজা !
কপ্পা কপ্পা নোংঙানবা ঙাইবসু য়াওরিবনি !
ওজা সিবু ডাক্তর শঙ ওইরগে হায়ত্রনে !
খসি ঐগী মিত্তদি নুংঙায়বগী পি তাবি !
মঙৌ অসুম তৌদুনা
অহিংগী অনাবা মাঙখ্রদি ফনিদা !

ওজা ইবুংঙো হয়েংসু লাকচগে,
যাগদ্রনে পাইবীয়ু হাযবা ঐগীসে ?
হোবেন অহিং ফরবদি নুংঙাইখ্রনিদা সৈত্যা !

অহল মমনসু—
ওজা ইবোহলনা তোল্ল তারবা,
ইচা ইমৌনা নুংশিবিদ্রবা ঐখোয়বু,
স্বগগী লম্বীদা পুবিবি ।

য়ুমগী ইচা ইমৌনা চা পীথক্কবা ঐখোয়দা,
ওজানা নুংতিগী অয়ুক নুংথিলদা চা পীথকই ।
অহল ওইরবশিংবু ওজানা করিগী অসুক নুংশিবীবনো !
নোংমতসু নত্তে, নিনিদসু নত্তে,
অহল ২০/৩০ বু ওজানা থাকপীবসিদি
ওজা মী নত্তে লাইনি ।
ঐখোয়গী ইরক্তা পোকপীরকপনি ।
ধন্যনি ওজা ধন্যনি !
হৌজিক অহল ওইরবা ঐখোয়গী রোগবু,
হকচাংদগী হেক কোথোকশ্রবগুম,
পুময়াং য়াংঙি, পুমফ ফরে ওজা ।
শক্তি লৈরবা ঈশ্বর মানা মীওইবদা শোকপীবদা
মীওইবগী লায়না লাইথুং কোকই হায়দো অসিনি ।
ঐখোয় ঙসিদি খংজরে—
ওজাদি ঐখোয়গী লক্ষ্মী লমতাকপীবা লাকপনি !
ওজাবু ননাই ঐখোয়দি লাইরিক ময়েকসু উজরক্তে
পৃথীবী মাতা করিনো হায়বসু খংজরমদবনি;
হন্দক্তা ওজানা ঐখোয় ময়ামদা ব্বারী লিবদগী খংবনি ।

হনুবী কয়াসু মখোঙ মখুৎ চীকপদগী,
ওজাগীদা হেক হেক লাকপা য়াওরি !
খরা পায়বী নানবীরগা অদুম চৎনখি,
চৎলমদায়দা হায়রম্মী—
ঐগী পাপ চেল্লবা খোঙ অসি পায়বিবদগী
ঐদি ওহ্মোক্লা নুংঙাইরেদকো !
তাদা ইবুংঙো নুংঙাইনা পানবীয়ুকো !

অহল অমনা—
'অহিং কয়া চিকপনা তুম্বা হিপ্পা য়াদে ।
তুমদবনসু কোঙ্গায় ওইরবনিদা;
খোঙ অসি চিকপনা লোইরে;

ঐবু খাংফম খংদ্রে ।
নখোয়গী নখুৎ খুৎচাওদুনা
অমুক্তা মেৎপীয়ু মসিদা' ।
হায়জে চোংজে কান্নদে;
নোং ঙালহন্নিংবনা ওজা ইবুংঙো,
নোং ঙাল্লগা ওজাহোয়দা চৎকনি,
অমগী মতৌ খরা য়েং, অমনা ঙাংবা খরা তা
পুমকাও কাওথোকই ওজা ।
নুংঙাইখ্রে ওজা ইবুংঙো ।
ডাক্তর ইবুংঙোহোয় ইবেম্মহোয়
কৈদৌঙে অমুক লাক্কনি ।
ঙসি লাকপসিনা লোয়রদ্রা
নুমিৎ কয়া–নোংমাইজিং– হোল্লিদে লৈতে ।

মরুওইনা তোল্ল তারবা উপাই লৈত্রবা মীশিংগী
চংজফম লাইয়েংফম অসিগী মমিং
মীয়ামা **'সেবা শঙলেন'** হায়না মমিং থোল্লম্মী ।

ওজা ইবোহললগী অহল লমন কৌশিন্দুনা,
চা পীথকপা, তল পীজদুনা তৌবা,
মতম অদুদা মীশিংনা মহাকপু
অহল ওইরগা ভোৎ লেপকে তৌরিনি খল্লম্মী ।
পার্টিদা মশক নাইবা অহল খরদি,
মাগীদা চংদবা অদুগা মাগী মায়োক্তা
ব্রা য়াম্না ঙাং শকপা তৌবম্মী ।
মহাক্কী অচুম্বা থবক মতৌ অদু উরগা,
মখোয়না লাল্লে খংজরম্মী ।
মখোয় অদু ঙসিদি পুমতোক তোকখ্রে ।
লৈকায় পুম্বা হৌনদুনা শেল খাইগৎনরগা
মখোয়সু তেংবাংশিল্লগনি হায়রম্মী ।

সেবা শঙলেন শঙ শঙ্গাগদবা নুমিৎ ৭।নৈদা ঙাইরম্মী ।
অহানবা শুনু হায়বনা ফজবা য়ৌদে খন্দুনা
অনিরক শুবা ওইনা শুনু হায়রম্মী ।
শুনু হায়বা লোয়রগা ব্লেক বোর্ড য়াল্লম্মী ।
চোক, ডষ্টর, তেবল মথক্তা থম্লে ।
লৌথোকউরবা মেপ ময়াম অমুক থেৎচিল্লে ।
অনা অনাবগী মতুং ইন্না চাগদবা চিঞ্জাক
য়েকপা চে ময়াম অফিস ওইগদবা কাদা থেৎলম্মী ।
চনবা লোয়রবা কাংথোল, সাইদ টেবল,
মফম চানা য়েংদুনা থারে ।
মোন, মোনপাক, মোনপাক ফিদক কাংখল খনবা,
ফমুং অনিদমক ওইরি ।

চহি ৮০ ১সুং ৮০দগী হেনবা অহলনা,
**'সেবা শঙলেন্দা'** লৈবীবা য়াগনি ।
চহি ৬০দগী হেনবা অহলশিংনা
মাগীনি হায়বা হন্না য়েংনদা কনাসু লৈত্রবা
মহাক অদুনা নারগা লৈবীবা য়াগনি ।
অহলশিংনা লৈবদা ডাক্তর কৌরগা লায়েংবা
অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং হিদাক পীজদুনা,
কাপ্তুনা সেবা নিংথিজনা তৌবীগনি ।

শোল্লবা ফমুংদা য়াওন য়াতাবদা ব্লারবা,
অহল কযা থৌজাল হৈবা ওজাগীদা
লৈজগে খন্না মচা মশুশিংবু থিলহল্লক্নি ।
অসিগুম্বা কয়া অমা নুংশিনা চান্না থম্বীবা,
অফবা চিঞ্জাক পীজবা,
লায়না য়েংলগা অচুম্বা হিদাক তৌবিবদগী
খবমখৈ ফগৎলক্নুনা ময়ুমদা পুবিখিবসু কয়ানি ।
অনা লোয়রগা লাকপা অহল
নোংমা নিনি ওজাগীদা লৈরম্লগা লৈখিদবসু কয়ানি ।
শিগদৌরবা মহাকপু ওজাগীদা নোংমা নিনি লৈরগা
শিজবা তারবদি চঙনা স্বর্গ কাগনি খঞ্জবা কয়ানি ।

নোংমা ওজা ইবোহলগীদা ব্রারী অমা শান্নরম্মী ।
মদুদা মনাও নুপা অনি, উকিল অমা,
লৈকায়গী অহল মরি য়াওরম্মী ।
ওজা ইবোহলনা মখোয়দা হায়জরম্মী ।
অহলশিংবু ঐনা লুনা চান্না তৌজবসে,
ঐনা থুপখ্রবা মতুং ফাওবদা,
অদুম চখবা ঙম্বা ওইজগে ।
মসিদা লৈকায় অসিগী ইচিন ইনাওতিশংনা,
ঐঙোন্দা থৌনা হাপ্পীয়ু ।

উকিলনা ওজাদা ব্রা হংলম্মী–
ওজানা অয়ুক্তা অহল কুম্লা নিফু চা পীথকপা, তল পীজবা,
নুংতিগী লোকেল পেপর অহুম-অহুম লৌবিরি ।
অহলশিংবু লুনা তৌবীবা অসি
ওজানা লৈখিদ্রবা মতুংদসু তৌবীগে খনবীরি ।
থা খুদিংগী শেল লাক্লবা লম্বী লৈরব্রা ?

হোয় লৈ, অহানবদা য়াম্না নুংঙায়বা ব্রারী অমা লিজগে ।
ঐ পেন্সন ফংগদবা চহি মঙারোম ব্রাংলিঙৈগী ব্রারীনি–
চীংদা ওর্কিদ মরাং কায়না শাৎলি ।
ঙসি ঐগীসিদা থারিবা ওর্কিদ অদুদগীনি ।
ফজ ফজবা ওর্কিদ থীবা,
খুন্দগী য়াম্না লাপ্না চৎলম্মী
চীংগী লোক্কী মতায় অমদা
ছাত্র অহুমগা ঐগা চঙশিল্লম্মী ।
অসুম অসুম চঙশিনবদগী
নুমিৎ থা উদবা মফম অমদা য়ৌশিল্লম্মী ।
লোকপে অদুদা ঈশিং ঈচেল পীক্লম্মী ।
ঐগী মীৎনা ঈশিংগী মতায়দা লৈবা,
মচু কয়াগী অরংবা থক্তোরকপা উরম্মী ।
ঐনা লুম লুম লাওবা নুং মচাশিংদু পাযখৎলগা য়েংলম্মী ।
ঐগী মীৎনা মদু ডাইমণ্ডনি খল্লম্মী।

ঐনা অঙাংশিং খংদনবা
নুঙ কিলোমুক্কা ওর্কিদ খরগা থোরক্লম্মী।

খৃষ্টমাস লাকপা য়াম্না ৱানা ঙায়রম্মী।
খৃষ্টমাস ছুটি থোবক্লম্মী ।

য়ুম হেক য়ৌরকপগা নুঙগী এক্সপার্ট অমদা য়েংহল্লম্মী।
মানা নুঙ অদু থুগায়রম্মী অদুগা খুৎলায়গী মতেংনা য়েংলম্মী।
অসুম্না নুঙগী এক্সপার্ট অহুমদা চৎলম্মী।
নুঙ অদু কিলোগ্রাম অমগা গ্রাম ১৫ ওইরম্মী।
মদুগী মমল লুপা লাক্ষ মঙা ফংলম্মী ।

খৃষ্টমাস লোয়রবনিনা ঐখোয় স্কুলগীদমক চীংদা চৎলম্মী।
ঐগী ঈশা অসে লাংতক্লবনা ঙাওরম্মী।
নোংমাইজিং নুমিত্তা মল্লিঙৈদা চাক চাথোক্লগা,
ঐখোয় অনি লোক অদুদা চৎলম্মী ।

লোক্কী অপিকপা ঈশিং ঈচেল ময়াদা,
মথং মথং মশেক মঙাল থোক্লুনা তারি ।
মদু উবদা হরাওমনখিদুনা লৱাই লুতোন শাৎলম্মী।
নহানগী অদুগুম্না পুল্লপ লৈবদি থেংনরমদে।
নুমিৎচুপ্পা ঐখোয় নুঙ খন খন্দুনা লৌখৎলম্মী।
নুঙ অদু কিলোগ্রাম অহুমলোম ওইরম্মী।

মথংগী নোংমাইজিংদা ঐনা মরুপ অমদা
লোক অদুদা চৎমিন্ননবা হায়রম্মী।
মরুপ অদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না ওক্লা করিগীনো হংলকখি।
ঐনা খুল্লম্মী ‘ওর্কিদ ফজনা থিনিংঙি’
‘মফম অসিদি খুলগী মী চংবা য়াদে
শা য়াম্না লৈ, খুলগী মী চাগ্রে’ মানা খুল্লকখি।
ঐ শ্বাই লাওরম্মী ।

য়াওশংগী নুমিৎ মঙানি ছুটি লৈরম্মী।
অনৌবা ডাইমণ্ড লল্লোনবা মী খবদা
ঐনা ডাইমণ্ডশিং অদু লুপা লাক্ষ ১৭ তা য়োল্লম্মী।
হান্নগীগা পুল্লগা লুপা লাক্ষ ২২
ঐগী একাউন্টতা হাপচিল্লম্মী।
ঐগী ডাইমণ্ডগী ব্রারী লোয়জরে।
ওর্কিদ থিবদগী দাইমণ্ড ফংলকপগী ভেলু লাক্ষ ২২।
হান্নগী ঐখোয়গী একাউন্টতা লৈবা লুপা লাক্ষ ৮০ নি।

ঐগী ইশাগী চহি ৭৩ হেল্লক্লে।
ঐঙোন্দা অকিবা অমা ফাওরক্লে।
ঐগী শেলশিং অসি কবম্না কনাদা শিন্নগদগে !
ঐ লৈত্রবা তুংদা থবক অসি করম্না তৌহৌগদগে !
মসিগী খন্নজনিংদুনা তৌজবনি ।

১বা অহন্না হংলকখি–
ওজানা তৌবিনিংলিবসে করি করিনো তাকপীয়ু ?
ওজানা খুল্লম্মী–
হান্না তৌরক্লিবা অহনশিংদা চা তল পীজবা,
অহলশিংগী শিংলি নাওবি পায়বিবা,
দরকার ওইবা হিদাক লাংথক খরা লৈবীবা,
অহল ওইদা ওইববদি ঐগীদা লৈহল্লগা
সেবা লাংবা তৌবা, হিদাক পীজবা;
তৌবিবা পুন্নমক অসিদা–
ফমুং মশিং তপ্না তপ্না হেনগৎলকপা,
অনৌবা অনাবশিং হান্নগুম সেবা ফজনা তৌবিবা,
চহি ৩৫গী মখাদা লৈবা লুখ্রাবীশিংদা
থাগী লুপা চামঙা চামঙা পেন্সন পীবা য়াওরি ।

ব্রারী শান্নরিবা, ঙাংনরিবা পুন্বা,
উকিল অদুনা মাগী চেদা ইশিল্লম্মী।
উকিল অদুনা হংলকই–

হান্নগী ওইবা অহল লমন্দা নুংশিবীবা
অসিদি কুইরে খংজবা ।
লুখ্রাবীদা পেন্সন পীবসিনা
লুখ্রাবী কয়াদা, লুপা কয়া কয়া,
চহি কয়া পীরক্লবগে ?

ইবোহল—লুপা চামঙা চামঙা লুখ্রাবী তরাদা
হন্দক্না তরেৎশুবা থা ওইগনি।

২শুবা অহল—ওজাগী **'সেবা শঙলেন'** রেজিষ্টার তৌবিরব্রা
ইবোহল—তৌজদ্রি, অদুগী ৱাখলগা অমত্তা তৌজদেকো !
ওজাখোয়না হায়রগা খংজবসি মঙায়রি।

১বা অহল—অদুদি ঐখোয় হয়েং রেজিষ্টার তৌরসি ।

উকিল—'সেবা শঙলেন' কৌবা একাউন্ট অমা হাংলগা,
ওজাগী শেল পুম্বা অদুদা ওনশিল্লসি।
হান্নগী ওজাগী একাউন্ট ককথৎহনবা।
ঐখোয় নিপাল অসিগী মনুংদগী
মঙাগী সহি য়াওরবদি
শেল কায়বা য়াবা হায়না ইনবা ।
ঐখোয়গী ইরক্তগী সেক্রেটরি অমা খল্লগা,
অতৈনা মেম্বব ওইনা লৈবা ।

৩শুবা অহল—ওজাগী ইংখোলসে পোইন্ট কয়ানো ?
অতৈ ইংখোল লৈরিব্রা ?
লৌনা কয়াম লৈবিবগে ?

ওজা—'ঐগী লৌ পরী মঙাগা শঙম অমা লৈ।
লৌশাল থৌনবদা য়াম্না ৱারে।
য়োম্থোক্লগা 'সেবা শঙলেন্দা' একাউন্টতা হাপচিনশি ।
ইংখোলদি সিনা লোইজরে।

ঐখোয় অনিবু সেবা তৌবীরিবা
খম্বা খম্বী অনিদা পোইন্ট ১০ পীগ্রগা,
পোইন্ট ৬০ দা য়াম্না তৌনিংঙাই লৈরি।
ইহে ! ইবুংঙো ঐগী লৌ পরী মঙা হায়খিবদো;
ককথৎপীরগা লৌ পরী অহুম হায়বীযু ।
ঐগী ইনাও অনিসিদা
পরী অমমম পীজখ্রগে'।
ব্র। অদু তাবদা মনাও অনিনা
থম্মোয়নুংদা ময়াম্ববু থাগৎলম্মী।

১বা অহল– লৌ য়োনবদি ঐ শিঞ্জগে।
৪বা অহল–হোঁয় একাউন্টতা পুল্লপ লৈবনা ফৈ।

উকিল– হৌজিক হৌজিক মী কয়া থবক তৌরি ?
মখোয়শিংদা থাগী লুপা কয়া কয়া পীবিবগে ?

ইবোহললা কেসিয়ারদা রেজিষ্টার পোবক্লবা খংহনখি।
উকিলনা রেজিষ্টার ফাক্লনা যেংলম্মী ।
মদুদা ইরি– তাং ৫ - ৭ - ৯৯
ঙরাং নহাল লৌনখিবা শেনফমদমক যেংবা
থা–থাগী চৎপা শেনফম,

| | |
|---|---|
| ১–ডাক্তর (থাংজ খুদিংগী লাকপীগদবা) | ৪০০০ |
| ২–নর্শ (অয়ুক্কী পুং ২, নুংথিল পুং ২ ) | ৮০০০ |
| ১- চৌকিদাব কম স্বিপর | ৪০০০ |
| ১- সেবাবী | ৪০০০ |
| –খম্বা | ৪০০০ |
| খম্বী | ৪০০০ |
| ১ কোঁশযাব | ৬০০০ |
| ১০ নূখ্রাবী | ৫০০০ |
| –চা তল নুংতিগী | ৯০০০ |
| –হিদাক, এঞ্জাং, থুম-থাও, মোবোক, মরু-মবাং অতৈ খববন।িংবা- | ৩০০০ |
| অপুনবা লুপা | ৫১০০০ |

উকিল—
হৌজিক একাউন্টতা লুপা কয়া লৈবগে ?
কেশিয়ারনা রেজিষ্টার ফাক্লগা উকিলদা উৎলম্মী ।
মদুদা ইরম্মী লুপা কোটি অমা লাক্ষ ৩৪।
উকিলনা কেশিযারদা হংলম্মী—
কেশিয়ার ররবর ষ্টাম্প পুথোরকউ
কেশিয়ার— ঐখোয় নহানখে ষ্টাম্প য়াওদনা থবক তৌজে।

উকিল—ঙসিদি খুরা ইবুংঙোশিং লোয়শিল্লসি।
হয়েং অয়ুক্কী পুং ১০দা ঐখোয় লোয়না উনসি ।
'সেবা শঙলেন' দা হান্নগী একাউন্টকী শেল হাপ্লবা তৌসি।
কেশিয়ার নং হৌজিকমক ররবব ষ্টাম্প শাহল্লুচো।

উকিল— অসিমগা হংজগে ওজা ইবুংঙো—
হৌজিক হৌজিকমক থাগী শেন্দোই কয়া লাকই ?

ওজা ইবোহল— হৌজিক হৌজিক থাগী শেন্দোই
লাক্ষ অমবোমদি ওইগনি।
শেন্দোই খরা চাওগদবা য়েংবীরগা একাউন্ট হাংবীযু।
ঐনা হায়বদা কাওবা অমসু নিংশিংলক্লে;
ঐগী হৌজিক হৌজিক পাউনা বাজারদা দুকান অমা লৈ।
মসিসু য়োম্ব্রোকপা য়োম্ব্রোক্তবা খন্নসি ।
হৌজিক থা থাগী ভরা লুপা লিশিং ১৫ লাকই ।
মসিসু ইবুংঙোনা নোট তৌবিরো হয়েং খন্নরসি ।

- - - - -

# মবেনপোক্কী পাউতাক

ইমা য়ুমসে নোং য়ুরে ।
হৌখিবা চহিদা নোং কয়া তাখিদে,
তাখিবা নোং খরদুনা য়ুবদা
ঐখোয় কয়াদা ব্রাখিবা।

নুংঙাইনা তুমজবা কান্দা,
তুপ তুপ তাবকপা নোংগী ঈশিংনা
ঐগী খজায়দা পানবদা ঐনা খংখিবা !
নোংনা ব্রা ব্রা তাবগী মখোন্দা
নংহৌরবোই মতাগুম ঐনা মোনপাক তাখৎপদা.
অতেকপা ছাটিন তম্মা তুপ্পুনা,
ঐনা হেক হেক ফমুংদা ফম্বদো,
তৌগদ্রা ইমা হন্দকসু।
ইমানা হায়খিবদায-
হন্দক নোংজু থা হেক লোযবগা
অনৌবা ই শিনগনি ।

কুম অদু হৌখ্রে।
অনৌবা কুম অমা লাক্লে।
মীনা হায়নৈ—
হন্দক্তি কুম ঙনগনি.
মতম শাংনসু চোম্থগনি;
ইমা হৌজিক কবি তৌনি !
বাবানা অনৌবা ই শিনবগী
থৌবাং তৌবা উদেনা ।
ঐদি চৎলনি অবোকহোয়দা লৈরুনি।
মখোয়দা লৈযু যাম্না হায় ।
মখোযদি নোংসু যুদে,
মীসু য়ামদে,
স্কুল কাবসু নকই।
চাকসু পুক থন্না চানি,
অবোকহোয়দা লৈরনি,
হন্দক্কী পবিক্ষানা হেক লোয়বগা ।

‘করিগীনো অবোক ঐখোয় ইমুংনা লাইরবা !
করিগীনো অবোক নখোয় ইমুংনা ইনাকখুনবা’ !
‘নপাব্র পোকপা নবোকহোয়না
লৌ ইংখোল লৌশিলহৌদে’ ।

লৈতবা লায়রবনা চাননবতা হোৎনরম্বা,
মখোয়গী মচানিদো নপাদো ।
লাইরিক কয়া হৈহৌদবা,
অফিসকী পিওন ওইবনা,
তলব মচা চাবনি, অঙাং মঙা লৈবনি ।
নমাদি অঙাং ওইবিঙৈদা
স্কুল কারমদায়দা হেক্তা মাংখি ;
থিবা হেক্তা খংদে,
হৈনিংদবা মশেল লৌন লৈনখি ।
অদুনা লায়ববা ওইরিবনি !

.

ঐখোয়গী লৌ পবি তরুক লৈ ।
নপুসু অফিসকী থবক তৌরম্মী ।
ঐসু এল, পী, স্কুলগী ওজা ওইরম্মী ।
চহিগী ফৌবোৎ চাম্মবোম ক[illegible]
নপুগা ঐগগী থাগী পেন্সন
হেক হেক ফংলি ।
নং মাম্মসু ননেসু
এদেদ স্কুলগী ওজা ওইরি ।
অদুনা নিশাবু চাদ্রবা, স্বাব শান্নদ্রবা
শেৎপা চাব নিঙবা থুংডি ।

নং ঐখোয়দা লাকপা যাম্না ফরে ।
নং যাওদবদা নখোয়কী য়ুমদা
চাবা খবা হন্থুববনি ।
থা খুদিংগী শেল খবা খবা লৌবো
হায়বনি ঐদি নমাদা ।
নমানা ইকায় হায়বনে,
ঐনা ঙম্লবা হোৎনগনি,
নিবগা চাবোয় হাযদো
নমা ঙাংনবা ঙমদে ঐসু ।

ঐখোয়গী পাউখোল শিনবা অঙাং লৈতে ।
ঐখোয়না কয়া ৱানা লৈরবা,
ঙসিদগীদি ঐখোয়সু ৱাররোই,
নঙসু নবুক থল্লনি ।
নংবু ইনাক খুনবা পামদ্রনে ।

পাম্মীবো অবোক ঐদি;
য়ুম নোং য়ুবা শেম্মিংঙি শেল লৈতে ।
লাইবিক ফজনা তম্লিংঙি,
ইমা ইপানা য়াদে ।
শেল লৈতে হায়,
ফি রোল ফজবা পাম্মী ।
শেল লৈতে হায় ।
ইংখোল কোইদুনা লৈনিংঙি,
ইংখোল লৈতে ।

শে অবোক ৱা হায়গে,
অবোক্না তৌ হায়বতা তৌ ।
লাইরিক য়াম্না হৈবদি
অচৌবা অফিসার ওইবনি ।
মী খুদিং নংগী ওইগনি,
শুৎ তাই তৌগনি,
লৌ ইংখোল লৈগনি,
চেক্কী য়ুম মথোল তরেৎ ৱাংগনি ।
মীনা ব্যাবহাব তৌগনি ।

নুমিদাং পুং তবাদা তুম্মু;
অয়ুক ঙন্না হৌগৎলু;
পুং মরিগী মমাংদা হৌগৎলু;
ঙন্না হৌরগা ৱাখল থোকপনি;
ঙসি করি করি তৌগদগে লেপথোকউ

শোয়খিবা লানখিবগী ইকায়বা খংঙু,
মাসু মীনি, নংসু মীনি ।
মশক খংনদে হায়দুনা ইকায়দবা তৌগনু,
ইকায়ববু খংলবদি
নশাগী অরানবা নশানা চুমথোকচগনি ।
ইকায়বা খংদবা মীগী হিদাক লৈতে ।

অফবা স্কুলদা তমহনগনি ।
অহাওবতা পীজগনি,
শেংনিংবতা শেংচৌ ।
স্কুলসু কাও, লাইরিকসু পাউ,
মরক মরক্তা পাওখোলসু চংলু ।
ঙা খরা লৈরু, হেক মচংপা,
পেট্রোল খরা লৈরু চংকদবা
কনা লৈনি ঐখোয়গী ।
অদুননি ঐনা নংবু কৌবদি ।
নং লাক্লিঙৈ অবোক্না কযা ব্রাবম্বা,
ঙসিদগী নং ঐগী ইতেং পাংলনি ।
নোংমদা পুং তরুক স্কুল তম্মু ।
পুং তরুক লাইরিক পাউ ।
পুং তরুক থবক শু,
পুং তরুক তুম্মু ।

ঐনা পীবা পুং তরুক থবক শুবদা,
নশা ফনবা শাজেল তৌবসু য়াওখ্রবনি ।
অফাওবা পোলিটিক্সিয়ান ওইরসু,
অফাওবা ডাক্তর ওইবসু
অফাওবা এক্টর ওইরসু
অফাওবা ওইরকপা পুম্নমক,
মশা ফবদগী থোকখিবনি ।
অফাওবা য়াম্না ফাওবা ওইগদবা কয়া,
মশা ফত্তবদগী লমথাংদা লৈহৌরে ।

অফাওবা কবি কিটস
চহি কুন্তকক্তা মপুন্সি লোইখি ।
ব্রুস লি অফাওবা কুংফুগী নিপাদো,
চহি কুন্থ্রাহুমদোইদা মপুন্সি লোমখি ।

অনা লাইযেংদা হৌশিংবা,
কবিসু ওইবা ডাক্তর কমল,
নংনা হয়েং তমলক্কনি:
মানা ইবা মাধবী উপন্যাস ।
চহি ৩৫ দা লৈখিদ্রে কল্লকই ।
ঈশৈদা জগৎ ফাওখিবা,
মীপুম খুদিংবু শুমহৎপা,
মাগী খোঞ্জেল তাকবগা,
অতৈগী খেঞ্জেল চম্বা,
এলবিস প্রেসলি মীংথোনবা,
চহি ৪২ দা তাইবংপান থাদোকখি ।
নংনা খবা চাওবগা
বিবেকানন্দগী পুন্সি ৱারী পাহনগনি ।
লৈখিদ্রেদো মশাগী চহি ৩৯ দা ।
নুংঙাইতে পাম্মুই মহাক্তো ।

সিনেমাগী এক্ট্রেস অফাওবী,
মেবিলিন মোনরো কৌবী শকহেনবী অমসু,
মশা ফত্তদনা তুমদববু
তুম্ববা গুলি হেঞ্জিন্না চাবনা,
চহি ৩৬ তা শিখিদো ।
ফজৈদা, পাম্মুইদা, নুংশিদা মহাক্তো;
অবোকহোয়না নহা ওইরিঙৈদা
মা য়াওরবদি সিনেমাদো য়েংলকই ।
ইশু ইবুংঙো নশাবু ফত্তবা,
বুদ্ধি লৌশিং লৈরক্লোই;
নশাদা অতনবা চুদুনা লৈগনি ।

ফত্তবা চুরুপ মৈখু থকপা,
অচাথক্তা হিদাকমনা য়াওবা পোৎ চৈ চাবা,
য়ু থকপা মীগুম্না ওইদবা ৱা ঙাংবনি ।
শাহিং ঙাহিং চাবনি ।
নুপী অঙাং ফুগল্লি,
অচুম্বা অমত্তা ঙাংদেদো,
মী হাৎপসু ঙম্বনি,
মখোয়গা ৱারী শাগনু ।

নখোয়গী খুরা তোম্পোই মাইথাবা খঙইকো ।
হ্বার শান্নবদা হালেংদবা
লোইরেদনা হৌজিক্তি মরল মথুম ।
মমা মপানা থনম্বা
লৌ ইংখোল লোয়না মীগী ওইখ্রে ।
তলব খরা খরা ফংলম্মী
অফিস কাদবমখৈ হ্বার শান্নবনা
নমদুনা পেন্সন পীবিরে ।
পেন্সন বুক বন্ধপ থমখ্রে ।
বন্ধপগী শেল হ্বারদা থাদোকখ্রে ।
মচানুপা অহুম্না হংলি
কদাযদা লৈবগে পেন্সন বুক,
অহুম চংদুনা ফুবিরে মপাবু,
ফুসনু কৈনো ফুবা য়াই ।
মমানা মপাবু কনখৎলি
নপা ফুহৈদে তৌগনু অদুম্না,
নখোযদি হ্বাবদা থাদোক্লোইনহে,
ঐদা ঙাইরেনে থাগদবা
অদুগা ঙাওদুনা চৎচখ্রনি ।
নখোয় মাবু ফুরুনু;
শিদোকখিবা থোক্লবদি করিগুম্বা
লোইববনি নখোয় অদুম
হন্দক্কী মপোক অসিদা ।

খা ঝাংদা কোয়গনু ।
দ্রগ চাবা থেংননি,
দ্রগ চাবা মীদি
ঝাহৈ খোনফম ফজবনি,
লমচৎ ব্যাবহার ফজবনি,
মমিৎ মনা ইতুক তুকথবনি,
মতৌনা ইংবা তপ্পা মাল্লগা,
মীওমদবা মীগুম লৈরগা,
মী উদ্রবা কান্দা করিগুম্বদা,
কৈ ওই, নোংশাসু ওই
সনা শ্মিবা অঙাং উবা য়াদে ।
হেক উবগা হিংচাবা ওন্দুনা
ঈ-সু চুপ্পী, সনাসু থৎলি ।

'ঐ শিগদবা কুইদ্রে
কোক হেক হেক ঙাওরে
দ্রগ চাবসু নোংমতা লেপঙমদ্রে
পামজবিদুগা থা খরদং হিংমিন্নরগা
পুন্সি অসি লোয়শ্রসনু' ।
কল্লিদো মখোয়না
থা খরা, চহি খরা লৈমিন্নে পামজবীদুগা
অঙাং অমা অনি থনম্লগা মদোম শিখি ।
নুপী অঙাং তাদুনা লৈহৌরে ।

নংনা লম থোকপা পাম্লগা
প্লে গ্রাউন্দা চৎলু ।
কাংজৈ, হোকী, ফুটবোল,
অপাম্বা অমা শান্নরু ।

লাইব্রেরিদা মীং চল্লু;
ছুটি নুমিৎ নুমিৎকী অসংবা কান্দা,
নংনা পাম্বা লাইরিক খল্লু:

নোংমগী খর খরদা ওইরবসু পাও ।
লাইরিক পাবগী হৈনবী থম্মু ।

অঙাং পীশক পীক্লিঙৈদগী
খংজিনবা উশনবনা
শিংবা হেল্লি অঙাং অতৈদগী ।
ইমা হায়য়ু, পুপু কৌ, মাম্মা হায়য়ু,
তম্বীরকপা অঙাংনা
ঙন্না মরোল থোকইদো ।
তাও, ইশুনুপা শাবা কুইদ্রিবা রবর মরিদো
চিংথোক্লিমখৈ য়াবদাই ।
অদুম্না অঙাংগী কোক্তা হাপ্লিখৈ চল্লিদো ।
মতম কুইরবা রবরদি,
খরা চিংথোকপদা পৎ তৎলি ।
অদুম্না চহি য়াম্ল য়াম্লগা খংবা ব্রাৎলি ।
খংলবসু কাওগল্লি মতম শাংদেদো ।
অদুনা নহা ওইরিঙৈদা কন্না মহে হৈনবা হোৎনৌ
চহি ২৬ ফাওবদা খংজিনখিবা উশিনখিবা
শুক্কাও কাওদে হায়দো ।
অদুদগীদি মীৎনা উবা নাকোংনা তাবদগী,
হোৎনবা য়াওবনা খংজিনবগী চাং লাকচবনি ।
অমুক্কা হায়গে মুন্না তাও–
অহল খরা ওইশিনখ্রবদি থুনা খংবা থুনা কাওই ।
মীৎনা উনা খংখিবা পোৎ খুদিং কাওরোইকো ।
মীৎনা উনবা নাকোংনা তানবা
লাইরিক পাবদা খোঞ্জেল থোক্লা পাও ।

খংনা খংনা চৎখিবা পুম্নমক
অমুক কাওররোই পারাদো ;
অমুক কাওররোই উখিবদো ।
অমুক্কা হায়গেকো–
নংগী নথৌ অমা তৌবদা

পুক্লিং চংনা তৌ ।
অমা তৌবিঙৈদা অমা খনগনু ।
অতোপ্পা অমা লামগনু ।
পুক্লিং চঙনা তৌবদা
মীৎনা মতেং পাংদুনা,
কোক্তা গ্যান তুংশিনখ্রনি ।

ওজানা তাক্লিঙৈ মুন্না তাও ।
নংনসু খঙলনি ওজানসু চানগনি ।
মীনা তৌরম্বা থবক
নংনা থেংনরবদি লম্বীদা ।
মতম শংলবদি ঙাইহাকসু মুন্না য়েংথোকউ ।

ছাত্র অমা লৈবম্মী ।
মশিংনা মাধব কৌনরম্মী ।
ওজানা তাকপদা মুন্না তাদবা
লাইবিক তাক্লিঙৈদা করিনো অমা খনবা,
নোংমতা নিংথিনা পারা ফাদবা ।
নোংমদি ওজাদুনা শাওদুনা,
পারা ফাদবা নংদি
ঈশিংদা চোংথদুনা শিজখ্রো ।
নং হিংবগী করিবু কান্নবি ।
অঙাং ওইরিঙৈ মহে মশিং তম্লগা,
অহল মতম ওইরগা
মদুগী মহে চাদুনা
তাইবং পান্দা হিংনবা ঙাক্লি ।
নংদি নহে তমদ্রেদনা
চাউরগা কবি চাদৌরি ।

ছুটি থারগা মাধব
ময়ুমলোমদা হন্দ্রে তুরেললোমদা চৎখ্রে ।
ঈংলবা নিংথমথাদা
লূরবা যমুনা তুরেল মপান্দা

লেপ্তুনা চোংথদুনা শিন্দনবা তৌরিঙৈদা,
ওজাগী মচা লৈশাবী অমনা
লৈশাবী মবি মঙা খোল্লগা,
মাধবকী মনাক্তা লেপ্লবে ।
'তাদা মাধব পারা ফাদবগী
ঈশিংদা চোঙথদুনা শিজগে তৌবা
ওজানা তাকপদা মুন্না তাদবঃ
তাকপদা তাববদি ফাগনি পাবাদো ।
নমান্নবনা পাবা ফাবগা
নংনা ফাদ্রিবনা কবিগী ।
ঐখোয়না হাযবা থাজদ্রগা
নমান্নবদা হংঙু করম্না ফাবা ।
লৈশাবীশিংনা নোক্লম্মী লাওবম্মী ।
'পাবা ফাদ্রগা ঈশিংদা
চোংথদুনা শিগে তৌবে মাধবনা' ।

বঙ চুকরবা মাধব
মশা গ্যান তারক্লে।
মথংগী নুমিত্তগী মাধব
নুংতিগী পারা ফাবক্লে ।
এম, এ পাস তৌদুনা
মাধবাচার্য্য হাযনা মমিং চংখি ।

অঙাং হাযবসিদি লৈখোমগুম্বনি ।
অপেৎপা লৈখোম্না
শেম্লিংবা শেম্বা যাবগুম,
অবোক্লা নহাকপু শেমগনি ।
অঙাংদি লাইনি হায়নরিবনি ।
অঙাংগী মশাদা অমকপা য়াওদ্রি ।
উহৌরগা উহৌই হায়;
উহৌদ্রগা উহৌদে হায় ।
লাই হাযবদি অচুম্বা হায়বনি

অচুম্বা ৱা ঙাংঙু;
অচুম্বা থবক তৌ;
চুম্না তৌরবদি ফল তাই ।
নথক্কী অহলদা মীওই য়েংলগা
তাদা, মাম্মা, ইচে, ইনে, খুরা, ইপল কৌ ।
নখাগী অঙাংদা ইবুংঙো, ইবেম্মা কৌ ।
মী উবদা নোকফেৎ তৌ ।
নুংশিনা কৌনবদা মাঙজবা করিসু লৈতে ।
মী খুদিং নংনা হায়বা তাবিগনি ।
নংগী থবক্তা মী ৱাৎলোই ।

অয়ুক ঙন্না হৌ ।
শোয়খিবা, লানখিবদা ইকাইবা খংঙু ।
টি, ভি, য়েংগনু মীৎ শোক্কনি ।
য়েংনিংলবদি ডিসকোভরি, জিওগ্রাফি
এনিমেল প্লনেট ঙায়হাক য়েংথোকউ ;
অতৈ চেনেলদা থাগনু ।
ভারত্তি অন্ধ বিস্বাসনা কুপ্পনি ।
লাই তিন য়াম্না থাজে;
থাইনা মীশিংনা পংলিঙৈদা
খল্লম্বা ৱাখল ময়ামদো;
অচুম্বনি লৌরি হৌজিকসু ।
ভুৎ-প্রেৎকী লিলাবু
য়াম্না থাজনা য়েংলবদি,
নংসু নুমিদাংদা চৎথোকপা কিগনি ।
ভুৎ প্রেৎকী লিলানা নম্না থারকএ
য়েংবা নুংঙাইনবা, শেল লৌনবা কুম্মৈনি, কাওনৈ ।
অঙাং ওইরিঙৈদা ফত্তবা পোৎকী মমিনা থুনা তাই ।
অফবগী মমি অঙাং অয়াম্বদা তাদে ।
অহল ওইরগা য়েংউ ।
অহন্দি ফত্তবা মমি তাদে ।
অফবা মমিদমক তাই ।

সিনেমা অমদা নংনা হেক্তা উগনি,
মী অমনা নত্রগা মী খরনা,
মী অমনা নৎত্রগা ময়াম মাঙনবা তৌবা থবক তৌবনি
ফত্তবা তৌবা মহাক্তো লিলা লোইশিল্লকপদা শিগনি

লালগী লিলাসু লৈ,
মী পংহাৎ হাৎনগনি ।
অবোইবদদি লাল তৌনবা ফত্তে হায়রক্কনি ।
লাল তৌনরগা মী শি,
লল থুম মাংঙি হায়বা তাকপনি ।
পোৎ হুবানবা, মী হাৎপা, য়ু থকপা
মতু মচা হাৎপা, লিলাসু নংনা উগনি ।
অদুবু লিলা লোইবকপদদি
ফত্তবা মীদো দন্দি ফংবা উগনি ।
ফত্তবা থবক তৌবা ফত্তে হায়বিবা ।
নুপীগী ব্রাহৌদগী য়েংথিনবা,
মমা মপাগা যানদবা নুপী পুশিল্লকপা,
মসিনা খৎনা চৈনবা কয়া পোকহল্লি ।
খৎনা চৈনবা থোক্তনবা
থবক তৌনসি
ঐখোয় য়েংথিনবা থাদোকসি হায়রিবা ।

অচাপোৎ চাবদা ননাক্তা মী লৈববদি
মখোয়গা য়েন্নদুনা চামিন্নৌ ।
মীনা খংদনবা উমশাইননা চাগনু ।
মীনা খংখ্রগা নুংশিদবনি ।

মুন্না তাও, মুন্না য়েংঙু করিনো ।
মুন্না তাও ওজানা তাকপা ।
ওজানা তাকপদো খংদ্রগা ওজাদা হংঙু ।
খঙদ খঙদনা চৎকনু ।
ঙরাং নহাল অমুক হন্নক্তদুনা
ঙসি হয়েং হায়গ্রে ।

ওসিগী থবক হয়েং তৌগে খনগনু ।
হয়েংগী থবক য়াম্না লৈগনি ।
হৎচিৎ মশেম্না অমুক হেন্না লৈগনি ।

ভিক্টোরিয়া মহারানিনা অঙাং ওইরিঙৈ,
মমাদা লাইরিক তাকপিয়ু হায়রম্মী ।
মমানা অখঙবা মখৈ তাকপীরম্মী ।
খংদবদো 'পাও পারগা খংগনি' হায়রম্মী ।
ভিক্টোরিয়ানা পংপাদা পারম্মী ।
পার পারগা খংলম্মী ।
খংদবদো ওজাদা হংলম্মী ।

থোমাস এলবা ইডিসন,
অফাওবা ইনভেন্টর অমনি ।
মীওইবদা দরকার ওইবা পোৎ খুদিং
লৌ খোয়নবা, সিনেমা, কোনয়াই ফেন,
অসিগুম্বা ইঞ্জিনগী মেছিনগী পোৎলম,
লিশিং অমগা চামা পুথোক্লম্বা নিপাদো,
অঙাং ওইরিঙৈদা মীনা মাবু নুংশিবিদে ।
নুংশিদবগী মরমদি
মানা খংদবা পোৎ খংনবা ওজাদা হংবদা
ওজানা খংদবদগী খুম্বীরমদে ।
তাম্মোরকই লমহেনবা অঙাংনি হায়রি ।
অমদা অমুক তমহল্লি, অদুদগীসু তাম্মোকপীরকখি ।
স্কুল অমত্তনা মাবু লাইরিক তমহনবা পান্নমদে ।
ওজা পুম্নমক্না মাবু মশক খংলম্মী ।
মাবু উবদা কিরম্মী, মাগী মবুদ্ধি কৈনোমনি ।
ওজা পুম্নমক্না মাবু why কৌরম্মী ।

"ইমাগী ইবুংঙো নংবু তাকপীবা ওস্বা ওজা লৈরোই ।
ইমানা নংবু তাকপীগনি ।
নংনা হংবদা মখোয়না শাওরি ।

মখোয়না খংদে, খংলবদি শাওরোইদ্রবনি ।
খংদবনা শাওবনি ।
ইমানা খংবখে নঙোন্দা খুমগনি ।
নংনা হংবদা ইমানা খুম্বা ঙমদ্রবদি,
নংনা হয়েং চাওরগা,
নংগী ব্রাহংগী পাউখুম ফংনবা হোৎনজৌ' ।
অসি হায়দুনা মচাবু থেন্নখী ।

হৌজিকসে ইশু ইবুংঙো—
চানিংঙেনা হেক্তা চাবা য়াদেকো ।
থক্লিংঙে হায়দুনা হেক্তা থকপা তৌগনুকো ।
পোৎয়ান চাবদা মী কয়াগী মপুক্তি মাংখ্রে ।
জুইস থকপদা অঙাং অহল কয়া শিখ্রবনি ।
ঈশিং থকউ য়ুমদগী অমুনবা-অমুংপা পু ।
অচাথাওদা আর্জিমোন য়ানশিল্লে ।
পেট্রোলদা কেরোসিন য়ানশিল্লে ।
কেরোসিন্দা কোয়লা য়াল্লগা দিজল ওল্লে ।
থিদা লফোই নোইশিল্লে ।
খোইহিবু খোইরানা শেল্লে ।
য়ুদা সোদা বাইর্কব হাপচিল্লে ।
ঙাগী মখনাওদা নুঙ নমশিল্লে ।
য়েন থোংবদা মন হাপচিল্লে ।
শঙ্গোমদা লৈবাক অনৈবা হৈজিল্লে ।
ফত্তববু তকখায়রগা মরু মরাংদা হাপচিল্লে ।
চাক চাবদা ময়া তেকপা য়াওনরে ।

নংনা পোৎয়ান চাবদগী মৌনদুনা শিরগা
মীনা করি হায়গনি খংব্রা।
মহাক কুইনা হিংঙু তমদ্রমাল্লে ।
ঈশ্বরনা মাবু লৌশিনবিখ্রে ।
অসি খন্দুনা অবাবা কাওনবনি হায়নৈ ।
থবক খুদিংমক লাইদা তাইশিল্লি ।

পরিক্ষা ফেল ওইদনবা লাই খুরুম্নে ।
লাইরিক পাবা ছাত্রনা পাস তৌরগা ।
লাই কন্না খুরুম্বনা পাস তৌবনি হায় ।

লাইরিক পাদবা কোয়দুনা লৈবা মচাগী
পাস তৌনবা লাই খুরুম্মী ।
পাস তৌরক্রবদি লাইনা থৌজানবিদে হায় ।
শরশ্নত্তিনা লৈয়েংদা লৈতে হায় ।
মী অমা শিরগা মাগী চেঙ লৈতদুনা শিবনি হায় ।
শিহৌদ্রগা মাগী চেঙ লৈবনা হিংবনি হায়নৈ ।
হৌজিক উতুপ্না মঙোন্দা থোন্নবসু শিররোই হায় ।
থবক তৌবদা শোয়রবদি
লাইনা য়াদদুনা তৌবনি হায় ।
অসিগুম্বা লাইসিদি অবোকসু নুংশি ।

লাই হায়বসিদি লৈরম্বা য়াই লৈরমদবা য়াই ।
মাদি মীওইবা ঐখোয়গী অফ ফত্তা তাইনফম্নি ।

ঐনা হায়খিবা মতুংইন্না,
হোৎনবা কল্লু নিংহন্নগনু,
শঙ্করনা চহি তরেত্তা অচার্য্য (M.A.) পাস তৌবা,
তথাগৎনা চহি মাপন্দা (2004 A.D.) দা মেত্রিক পাস তৌবা,
পৃথীবীগী অফাওবশিংনা হোৎনবা কনখিবগুম,
নংসু মখোয়গুম হোৎনবা কল্লু ।
লাইদা থংজিনগুমসি ইবুংঙো ।
ইশু ইবুংঙো নহাক
হয়েংমক ক্লাস সিক্সতা
মিং চনসি ।

- - - - - -

# লাইমাঙদা মী হরাওবা

মীতৈগী ইমুং মনুং মহি লাংবা কুম্মে অমা লৈ ।
মপানা মচা ফুবা চৈবা,
মমানা মচা ফুবা,
মপানা মমা ফুবা লাওবা,
মমা মপানা ফুবদগী মযুম পানখিবা লৈ ।
মপানা মমা ফুবদগী,
অশোক অপন নংদুনা,
ডাক্তর য়ৌনবসু লৈ ।
অশি অনা নংবসু য়াওবজাংনি ।

খরা ইনাক খুনবা মরল লৈবা ইমুংদদি
মপা মচা শাওনবা;
মমা মচা শাওনবা অমত্তা লৈতে তাদে, উদে ।
কুম্মে অসিগী মনুংনা
য়েন্দেম চাহেদে, খুজিন ককহেদে;
বারী তৌনে নোক্লে অমগা অমগা ।
ঐখোয় ইবেম্মদি জগোই শাদৌরি
লৈমা জগোইনি ফজনি মানা শাবদি,
মশক ফজবনিনা
অসুম্না লৈথোকই হরাওদুনা নোক্লুনা ।

ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবা মপুনা
মচানুপা য়েংদুনা হায়—
অতো নংবু চৎলুনে
লাই হরাওফমদগী ইশু লৌরুচো;
অঙাং তুম্লিংলমগনি ।
মথন্তা হল্লকপা কিগনি—
ইশু লৌরু ওন্না তুমহল্লু ।

অয়ুক্তা মুলগী ভ্যান্না লৌবা লাকপদা,
অঙাং থৌরাং লোইরমদবগী,
ভ্যান থৌবা ইবুংঙোনা শাওবদো নিংশিংভু,
ঙন্না তুমহল্লু ঙন্না হৌদোকপীয়ু ।

লুপা ১৫০ য়ুমথোঙ ৪০০দগী খায়গৎলি,
উমংলাই হরাওরগা চহি অসিমা,
অনা অয়েক য়াওরোই ;
ইমুং খুদিং চাকহোং ঙাহোংগনি
য়াম্না থাজনৈ মৈতৈ-মীতৈ ঐখোয়না ।

ঐখোয় লৈকায়দগী অতোপ্পা লৈকায়দা,
ময়ুম পানখ্রবী ইচে ইচল কয়া,
মপাম হরাওরি লাইদা শেল কত্তবা য়াদে মতাগুম
কৎলরি লুপা ৫০/১০০ ।

ইরমগী নিংঙোল মীরমদা ওংখিবা (ওনখিবা)
য়ামদেগা খনগনু য়ামখ্রপোৎনি
মখোয়না কৎলম্বা শেলসু য়ামখ্রপোৎনি,
উমং লাইবু নুংশিবিবা
শেল চাংওনা কৎলগা,
অমুক্কা হেন্না নুংশিবিগনি খন্দুনা,
লাইমাংদা অয়ুক্কগী নুমিদাং ফাওবা;
শেলকৎপা লেপ্তে ।
মাইক্রোফোন পায়খ্রবদি চানি থক্লি খংদবা,
ইবুংঙো য়াইমনা লাওথোক্লি—
ইমাবু নুংশিবিবা লেম্না মাংলোই ।
ইকায় খুম্নবদা মতিক চারবা
মীং পঞ্জরবদা পাওবম থোম্বা কৌবা ভদ্রলোক অসিনা
ইমাদা হরাও হরাও লুপা ১০০ কৎপীরম্লে ।
মসিগীদমক্তা ভদ্রলোক অসিবু
পুন্সি নুংশাংবা পীবিনবা
ইমাগী মফমদগী নিজরি ।

অতোপ্পা লৈকায়গী পাখং
লৈকায়সিদা চাক্তাজবা কয়ামকমসু;
শেল চাওনা চাওনা ইমাগী লাইকমদা কংলরি ।
শেলয়াম অদু উবদা,
মাইক্রোফোন পাইবা ইবুংঙোদুনা,
ময়েক শেংনা শেংনা লাওথোক্লি ।

অয়ুক চারগা নুমিদাং হেনবা,
মচা মগা তরুক পোকপা,
ময়াম্মা তাদা মিংশেপ হায়রগা খংনবদো,
লোটরি টিকেৎ লাষ্ট ডিজিৎতা মুংলবদো;
করি মরাল লৈবননো,
লাইদা খুরমদনা লৈবদো,
লুপা ১০০৫ লাইমাংদা থল্লগা,
থবাই তানা খুরম্বা উই ।
মাগী শেল য়াম্মা কৎপদু উবদা,
কনানো লাই লৈতে হায়গদবা ।

মচা অহুমদগী তরুক তরেৎ পোকপা
নোংমতা মচা নুপা অদু কমদৌরি,
মচা নুপীশিং অদুনা কমদৌরিবা য়েংদবা,
য়োত্তেক, থাংতেক খোম্বা চেক শুবা,
লৈতৌবা, লৈহাপ্পা ওইবা,
মানা শেল তান্দুনা
হিংবা ইমুং মশিং য়াম্মা লৈ ।

মমা মপানা লৈত লাইরা থীবা চংখ্রিঙৈ,
মচা নুপা, নুপীশিংনা,
লাই হরাওবদা উৎনবা জগোই শাবা তল্লি
মচা নুপানা খম্বা জগোইসু শাবা তম্মী ।
কবুই জগোইসু শাবা তম্মী ।
মচা নুপা য়াম্বনিনা অমনা অমা, অমনা অমা তম্নে
মচা নুপীশিং অদু মশক ফজে ।

মমা মপানা নৈবা নৈত্তবা খনবীবা নত্তে ।
মমা মপাগী অয়াবসু য়াওদে,
অমনা নৈমা জগোই শাবা তম্মী ।
অমনা মাইবী জগোইসু মরৈবাক জগোইসু শাবা তম্মী ।
ফুল তম্বা অঙাংনা ফুলদগী হল্লক্লগা,
পুল্লপ পুল্লপ তম্বসু য়াওরি ।
অঙাং অমনা জগোই মখল অনি অহুম তম্বা ওাক্লি ।

মতম চঙনা জগোই তম্লগা
জগোই তম্বীবা ওজাগী শেল,
ফি রোল থাইবগী শেল,
পুম্নমক অসি য়ামস্রবা শেলনি ।
লাই হরাওবা নুমিৎ তরেৎনি মনুংদা,
নোংমা নুমিদাং অমগী পুং ১১দা,
য়েংবীনবা মী (ভাবক) নৈত্রবা মতমদা,
শাখিবদুনা লোয়রে হন্দক্কী ।
নারক্তা শাৎপা নিংথিজবী নৈরাংনা,
কনা উদনা কেনখিবগুম
কনানসু উবিহৌদে মখোয়গী জগোই,
শুপ্নতগী লাই অদু নত্তনা ।

ভাবক মরক্তা নুমিৎ খুদিংগী খংনৈ ।
মখোয়না খংনবগী মরমদি,
খরনা হায়- - অঙাং হান্না শাহনসি ।
নুমিদাং পুং ৮গী মতুংদা অহন শাহনসি ।
চহি কয়া ফাওবনা অঙাংনো ?
চহি ১২ ফাওবনা অঙাং চিংগনি ।
চহি ১২দগী হেনবখৈ অহন চিংগনি ।
খংনৈ শাওনৈ হায়নবগী লোয়বা নাইনদে ।
মমৈথংদা যান্নবা অমা পুরকই ।
লোট্রেরি তৌনরে ।
লোট্রেরি নম্বরগী মতুং ইন্না জগোই শানরে ।
লাই হবাওবদা অঙাং অহল খায়দনা,

জগোই শাবা য়েংবা লাক্লে ।
লুকমাই ফম্বী অচা অথক য়োনবী কয়া,
লাইগী লৈরক্কী নাক য়েত্তা ফম্লি ।
ভাবকশিংনা অচা অথক, অথুম অহাও লৈরগা চানরি ।

কুম্মৈ য়েংবা চংপদা মচা মগু হুন্দোক্লগা চংপা য়াদবনিনা
অঙাং অনি অহুম পুরকপসু য়াওরি
মৌনহা, মৌয়াই, মৌহল
য়ুমদা অমত্তা লৈহৌদ্রে ।
অঙাং অপীকপশিং হরাওবা খংদে
অচাপোৎ চাবা লাকপনি,
অচাপোৎ উরগা অঙাং নিঙাই তৌরক্কনি খংবদগী,
মমা ওইবী অয়াম্বা লুপা কুন, কুম্বু, নিফু পুনরকপনি ।
ঙশাই হরাওবা হৌরমদায় পুথোরকখিবা,
য়েরুম, শঙ্গোম, হৈ মহি, মোরে অচার,
বোড়া, পকৌরা, জিলিবী ময়াম অদু লোইখিদুনা;
পুং ১১, ১২ তাবদদি মোরাগা ফিদাগা ময়ুমদা চংনখি ।

নুমিদাং চাক চারগা,
কুম্মৈ য়েংবা থোরকপনি ।
মমাদি ক্না জার্দা মনম নমদে, চাবদনি
মপাদি য়ুনম নমদে, থকপদনি
অঙাংশিংদি মোরেগী অচার চাশিল্লি চাবগী মনম নম্মী
য়েরুম অফুংপা চাশিল্লি চাবগী মনম নম্মী
হোটেলগী বোড়া পকৌরা চাশিল্লি
মখোয়না চাদবা অমুক য়াওদ্রে ।

মৌ নহা অমা টেবল মথক্তা অচাপোৎ য়োল্লি ।
মৌদুগী নাকন্দা মী মরী মরী চংনখি ।
মরী মরী অমুক থোরকই ।
গ্লাস থেংনবগী মখোল নাকোংদা তারকই ।
মৌনহাদুনা তুমিন তুমিন চংনবা ইঙ্গিৎ তৌই ।

মনিংদগী নুপা অমগী খোঞ্জেলদা,
তুমিন তুমিন থোকপিখো হায় ।

অপিক অপিকপা অঙাংশিংনা জগোই শারিবসে,
মমা, মপা, মপু, মবেন্তগীনি ।
অতৈনদি থোইনা য়েংনিংবা লৈতে ।
অদুনা ভাবোকশিং য়াম্না লাংঙি ।

অঙাং অয়াম্বা চাশিনবনা হেনবা,
তুম্বদা ৱাবা, মবুক নাবা,
ওবা, ফাইবা, লোক খুবা, লায়হৌ তৌনৈ
ময়াম অসিগী মরক্তগী খরদি,
হোস্পিটালদা পুখৎনৈ ।
চহি ৩০দগী ৬০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা,
নিপা কয়াদি বি, পি ৱাংখত্তুনা লাক্লে ।
নিপা অমা অনি মরাইবক থীবদগী
আধঙ্গ ওইবসু য়াওদবা নত্তে ।

জগোই শাবদা চঙবা ফিরোল ৱায়বগী
শেল পুথোকপা অরায়বা নত্তে ।
চপ মান্ননা শেল পুথোকমিন্নরগা
ওজানা পুল্লপ ৱায়বিরকপা তৌনৈ ।
মখোয় খরদি মপা লৈতবা মচা য়াওরি ।
লাইগী থৌরমগী মতাংদদি,
মীতৈদি য়াম্না ইজ্জৎ লৈ ।
মপা লৈতবা মচানা শেল হান্না পুথোকই ।
'ঐগী ইমুংগী চাবা চাদবদি মীনা উদে ।
মীয়ামগী শেলদি থুনা পীথোকসি ।
মীনা মপা লৈতবা মচানি হায়খিনি ।
পরপ পরপ পীহৌদ্রবদি মীমাংদা চোপকনি ইকাই' ।
খরদি মীমাং থোক্না খৎনবা য়াওরি ।

'ঐবু হৌজিক নখোয় অহম জগোই তম্মীবগী শেল
কি রোল যাইবগী শেল কদায়দগীনো !
ইচাশা নখোয় খংদ্রা ?
চাবা ফাওবা পুক থন্দবা ঐখোয়না,
হৌজিক করম তৌগনি,
তোকউ জগোইগা শাগনু,
লৈতে ঐ উপাই লৈতে' ।

লাই হরাওবা নুমিৎ খরনিসিদা,
লাই কমিটিগী মেম্বরসু ওইদবা,
মহে মশিং তমশিন্নরগা থবক্তি ফংদ্রিবা,
লাই হরাওদ্রিঙৈদা য়াম্না যানা লৈজরম্বা কাংবুদো,
কয়াদা কান্নরবা ।
লাইগী জগাদা শুরু শুরু নৈদুনা লৈথোকই ।
অয়ুক্কী চাক চারমদাই ঙাইহাক মাংবা ।
নুংথিল তাল্লক্তসু অমুক অনিরক মাংবা ।
নুমিদাংসু চারমদাইদা ঙাইহাক মাংবা তৌবদগী,
লাই হরাওবা লোইরবা তুংদা,
ভোং লেপ্পা কেন্দিদেংনা,
ভোং হায়দোক্লিফাওবা কম্মিবু
লুনা চান্না তৌশিন্নবগুম
হরাওরিঙৈ মনুংদা খরাখিৎ কান্নজবদো
লাই হরাওবা লোইরগা
করি তৌদুনা লৈনগনি ?

অহল অমনা হায়খিবা লৈ–
ঈশ্বরদগী নিজবদি য়াই,
নং ঐনা উরিবা পোৎ পুন্নমক্কী মপু মানি ।
ঈশ্বরদা কৎকনু,
ঐখোয়না শিজিন্নবা পুন্নমক,
মাগী মরল ঙাক্তনি ।
মঙোন্দগী লৌথোক্লগা মঙোন্দা কৎলবদি
মানা করি খনখিগনি ?

অহল অদু করম্বা মীনো
অচুম্বতা ঙাংঙিদা,
অচুম্বা বা ঙাংবগী মা মীনা নুংশিরোই ।

লৈশাবী, মৌনৌ, মৌলিশিংনা
নুংতিগী চেঙ-লৈ, উহৈ, অথুম অহাও,
লাইমাঙ চোন্না পৈররি ।

ইমুং অমগী বারী তৌজগে—
মচা তরুক পোকই ।
মখোয় লোয়নমক পাখং লৈশাবী ফারে ।
কুম অমগী লাই হরাওবা অমুক থোরকপদা চংবা শেল,
শেনখায় লুপা ১৫০ য়ুমথোঙ খুদিংগী,
অদুগী মথক্তা অঙাং মরি মঙানা জগোই হৈজিন্নবা,
শাসি কদায় শাগুমসি কদায় তৌবা,
শেল কোন্না পীবা য়ানি ।
ফিরোল বাইবগী, তন্নীবা ওজাগী,
অদুদি থোকঅ থোকঅ লাক্কনি ।
ঐসু জগোই শারগে ।
অসুম্না পাখং লৈশাবী মরি মঙানা
মানা মানা পামজবা মওংদা জগোই শানখ্রে ।

জগোই শাবগী মথংগী নোংঙানবদা,
মমান্নবা অনি অহুম লাক্লগা,
ওজাগী অবামল, ফিরোল বায়বগী শেল,
পুথোরক্লবা হায়ররে ।

অঙাংশিংনা মপাদা শেল হায়বা কিনৈ ।
অদুনা অঙাং অয়াম্বনা মমাদা শেল হায় ।
মমানা ঙক্লদুনা হায়রকই—

নখোয় অমখক্তা য়াওবা নত্তবা,
নখোয় লোইনমক য়াওবকো !
জগোই হৈত্রবদি লাইরিক তম্বা য়াদ্রব্রা !
ইন্টরভিয়ুদা জগোই হৈত্রবদি য়াদব্রা !
নখোয় মরিনা তোঙান তোঙান্না,
ঐঙোন্দা জগোইগী শেল হায়ররে ।
লুপা লিশিং অহুমমুক ওই ।
ঐদি কদায়দগী কোৎলুনি ।
নপাদা হায়য়ু–
নখোয় ঐঙোন্দগী শিকী অমা ফংলোই ।

তোল্লবা অঙাংশিংনা কিনা কিনা
মপাগী মনাক্তা চংজরম্মী ।
মমা মচা ঙাংনবা–
ফল্লাং মরুমদা তারবা মপানা
মচাশিংনা মাগী মনাকতা চংলকপা উবদা,
চৈ অমা পাইরগা লামফু লামফু তৌরকই ।
চৈ চাবা খরা, চাদবা খরা য়াওনরে ।
মমাদসু মানা মচা ৱারক্তবদগী থোকপনি হায়দুনা,
মচি পানবা ৱাশাদুনা অনি অহুমলক কল্লে ।
মতৌ অদু উবদা
শেল খায়বা লাকপা,
লৈশাবী মচাশিংদো লোয়না চেন্নখ্রে ।
ফুরবা মতুং ইকান কান্নদনা,
লুপা লিশিং অহুম পুথোক্কুনা নুপীদা পিবি ।

মমানা কপ্পা কপ্পা হায়–
নুপী ঐনা হায়বা মখোয়না করিসু ইনবিদে ।
নিপা নংবুদি মখোয়না কি ।
নংনা ৱারকফম থোক্লো !
ঐঙোন্দা চৈনা ফুখো ফুবা ৱাৎলি ।
ঐনা নারগা, শিরগা,
নখোয় লোয়না অফবা ওইনি ।

নহান অঙাং মপানা মমাদা—
মচি পানবা ঋশানা কনবদা,
খুবোমদা খরা হঞ্জিল্লগা ঈ খরা থোকখি ।
মচানুপী অমনা মোলোম খরা তৈরগা
ফি মচেৎ অমনা পুন্সিল্লগা থম্মী ।
মতম খরা শেক্কৌ শেক্কৌ চৎলম্মী ।
খরা লৈরগদি অনাবা মফম অদু
কোম শানা হল্লে ।
মচাশিংনা হিদাক লৈবিরক্তুনা
ফনা য়াম্না চারে, ফত্ত্রে ।
লৈকায়গী মীনা ডাক্তরদা চৎলু হায়রে ।
মথংগী নুমিত্তা পোরোম্পাৎ ডাক্তরদা চৎলে ।
ঈগা ঈশিংগা লৌহৌই ।
য়ুমশকৈশা নুমিত্তা লাকউ হায় ।
হিদাক খরা ইরকই চানবা;
য়াম্না লৈশিল্লখিনু খরা হান্না লৈরকখো ।
ঈ য়েংলগা হিদাক হোংসি হায়বক্কনি ।

য়ুমশকৈশা নুমিৎ ঙসিনি, ডাক্তরদা চৎলে ।
দাইবেটিস তৌবদগী ফবা ঙমদবা ওইরম্লে ।
দাইবেটিস ফনবা হিদাক্কা,
চাথৎপা চামথোক্লবা হিদাক্কা,
অনাবা ফনবা হিদাক্কা,
লোইনমক্কা হিদাক মখল মঙা ইরকই ।

থা খরা হিদাক ফজনা চাই ।
অদুদগী শেল লৈত্রে হায়রে ।
পাংথোক চামদবা ইমুংগী হৌনবা,
অদুম হিদাক চাবা লেপ্লে ।
ঋানা তানবা শেলনি খন্দুনা
হিদাক লৈনবা শেল হেক পুথোক্লিংদে ।
হিদাক লৈনবা শেল পাম্মুগী ঋা ঙাকসু নত্তে

মীনা হিদাক চারগা না য়েশিল্লি হায়রিরে ।
খরসু ফরককুম তৌবদুদা
শেলনা শেল লৈতবনে, তোকঅগে তোকএ ।

মতম খরা লৈরগা অনাবা মশা নুংঙাইত্রে ।
হৌজিক মাইবা অহেবনি হায়বা অমনা,
হিদাক লাংথক তৌদুনা,
শয়োল চিংখৎনবা কল্লা হোংনবিরি ।
অদুগা লোয়ন লোয়ননা লাইসু হেক খুরুম্বীরি ।

মতৌ অসুম্না থা মরি মঙা লৈরগা
নোংমা কৈনোমা তৌগ্রেনা ডাক্তরদা পুখৎখি ।
ওল্হোকপনি মা ব্লদ প্রেসর ব্রাংবনা লৈখিদ্রে ।
মীনা হায়নবদা মহাক চহি য়াম্মৎতরেৎ শুরে হায় ।
মচা নুপী লৈশাবী অহুম অদুগী মতৌ য়েংবা ঙম্মদে
মপুরোইবদো চোয়রোল পারে '

লাই হরাওবদা লাই মপাল থোকপা
নুমিৎ অমা লৈ ।
নুমিৎ অদুদা লাই অনি অহুম,
পাখং মশা ফবা মরি মরিনা,
লাইশিং অদু শিন্ন শিন্নদুনা পুনৈ ।
করম করম্বা লমগী
উমং লাইনা ঙাওগদবনো,
করম করম্বনা ঙাওরোইদবনো খংদে ।
উমং অমত্তগী লাইসু,
হাকুম চহিদা ঙাওববুদি
কুমসি চহিদা ঙাওবনা হেল্লি ।
লাই পুবনা ঙাওব্রা,
লাইনা ঙাওবা ওইহরিদ্রা,
লাই মপাল থোকপদা
ঙাওদবা অসে মীনা য়েংবদা নুংঙাইবা ব্রাংলি ।
মীনা য়েংনবগীদমক ঙাওবনিসু হায়নৈ ।

কুম অমা উমংলাই হয়াওবগী
লাই মপাল থোকপদা,
অঙাং শঙ্গু অমনা মতুংদা ইন্নরক্লম্মী ।
লাই পুবশিং অদুনা অমুক অমুক
সরক্কী নলাদা হায়খরম্মী ।
অমুক হেক কাখৎলম্মী ।
অসুম্মা ইন্নবগা চেন্নবগা ফনা কুইনা তৌরবা তুংদা;
লাই পুবশিং অদুনা পান দুকান অমদা ঝাইশিন্দুনা
পান দুকান অদু পুল্লোং লোংথোক্লম্মী ।
অয়েংবা অঙাংশিংদদি য়াম্না নুংঙাইমাল্লে—
নোকপগা লাওবগা তৌরম্মী ।

ময়াম মরক্তগী মৌ নহা অমদি
'ঐ লোইরে ঐ লোইরে'
হায়না লাওরল্লগা ঝাম্মখি ।
পান দুকান ময়াদা লেপ্তুনা,
কুম্মৈ য়েংলম্বা অহল খরনা
মৌনহাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা,
লঝাইদা ঈশিং থোমদুনা লাইকন্নবী ।

লাই দষা তাব্রা !
লাই পুবা মী দষা তাব্রা !
লাই কমিটি দষা তাব্রা অমা তৌদৌরি ।
লাইগী মথক্তা মৌ নহাদুনা কেশ তৌবম্মী ।
পুলিসনা FIR পান্দুনা
লাই পুবা অঙাং ফানিংঙম্মী ।
পাউ অসি খংনরকপদগী
লাই কমিটিনা পান দুকান মপু মৌ নহা অদুদা,
হায়জদুনা দুকানগী মতিক চাবা ক্ষেতিপুবোন পিবিখি ।

কুম অদুদা লাইনা শিবাপ তৌখি হায়—
'লাইরেম মনাইশা লাই মপাল থোকপা নুমিত্তা,

য়োখোক তেনখোক পাইদুনা,
নংগী নংগী পান দুকান ঙাকচৌকো' ।
অদুননি লাই মপাল থোকপদা,
দুকান মপাদা য়োখোক পাইদুনা লৈবা য়াওনরিবসে ।
অদুবু লাইদি ঙাওরি;
মপাঙ্গলদি শোল্লে ।

লাই হরাওগদ্র হরাওরোইদ্রা খন্ননবা,
লাইমাঙদা মীতিন অমা তৌখি ।
বা ঙাংজগে চোংথোরকপা মী কুনমুক ওইখি ।
মহৈ মহৈ মাগী মাগী অনিংবা ফোংদোক্লরম্মী ।
মখোয় অয়াম্বনা উমং লাইবু য়াম্না নুংশিজনা ঙাংখি ।
"লাই হরাওরগা চাহোং ঙাহোংগনি ।
অনা অয়েক লৈতে থাজনৈ ।
ঐখোয়গী লৈকায় মনিং মমাং, খা-বাং,
পুল্লগা অচৌবা খুল অমনি ।
লৈকায় অতৈনা হরাওবা ঙল্লগা
ঐখোয়না করিগী ঙল্লোইদগে !
ঐখোয়দগী য়াম্না পীকথবা লৈকায় ফাওবা
লাই হরাওবা পাংথোকই ।
মসি ইপা ইপু হাক্তক্তগী লৈরম্লবা খুবম্নি ।
হরাওদবা তারবদি ইপা ইপুশিং অদুনা করি খনখিগনি
হরাওবা পাংথোক্তুনা লৈকায় অতৈগী মমাংদা
ঐখোয়সু ঙম্বা উৎসি ।
ঐখোয়গী নাৎকী চৎনবী;
কুম অমগী নাৎকী ফিজেৎ লৈতেং তৌদুনা
কলা বিদ্যাদা হৈ শিংবা উৎনসি ।
মসিনা পৃথীবিদা মনিপুরবু মশক তাক্লিবনি হায়নখি"

লাই হরাওবা পামদবা,
মখোয় খরা চোংথোরক্তুনা বা ঙাংবিখি ।
লাই হরাওরিঙৈ মনুংদা,

নহারোলনা নিশা চাবা হেনগৎপা,
নুপী অঙাংশিংনা চাশিন থকচিনখিবা,
অদুগা তুম্বা মপুং ফাদবা,
মসিনা মরম ওইদুনা হরাওবা লোইরগা,
ওবা ফাইবনচিংবা কয়া তৌবা,
হরাওরিঙৈ মনুংদা থবক শিংপা;
অসিনচিংবা কয়া ঙাংখিবদা
মী কয়ানা খুব্যাক খুনরকখি ।

মৈরা পাইবী ইমা অমসু চোংথোরক্তুনা ব্না ঙাংখি ।
কুম অমগী লাই হরাওরগা
ইমা ইবেম্মা মানা পেনবিদুনা চাকহোং ঙাহোংগদৌরিবনি ।
নহারোল কয়া ঙাওশিন্নরিবসে ফগদৌরিবনি ।
লৈকায় অসিদা লৈবা মী পুম্নমক,
মহে মশিং হৈবা ওইগদৌবনি ।
ইচাশা ! নখোয় পুম্নমক তাও,
লাই হরাওসে হায়বসিদা য়েংপা তৌগনু
ইমা ইবেম্মা ব্নারৌহনগুমসি
মানা ব্নারৌরবদি লৈবাক মাঙগনি ।

ইকায় খুম্নবদা মতিক চারবা
চাওবা কৌবা ভদ্রলোক অমনা
লাই হরাওবনা ফবা অমসুং ফত্তবগী মরমদা ব্না ঙাংবিখি
মাগী ব্নাঙাংনা লাই হরাওবা পামদে হায়বা উৎখি ।
মানা মখা তারম্মী—
ময়াম্না হরাওবা পান্নগা অদুম হরাওবিয়ু ।
তৌবতদি লাই হরাওবগী শেল ঐঙোন্দগী খায়বিগনু ।
লাইগী মাইক ঐখোয়রোমদা ওনশিনবিরক্কনু ।
শেল পীরকপা মীশিংগী মমিং মথা ফজনা লাওথোকপীয়ু ।
পীরক্তবা মীশিংগী মমিং লাওথোকপীগনু ।
ঐগুম্না পামজদবা মী কয়া অমসু লৈ ।

- - - - -

# নিঙমদবা

বিম্বিশার কৌবা নিংথৌ অমা,
পাল্লম্মি মগধ লৈবাক ।
বিচার হৈ, অচান মীয়াই নাইবে,
প্রজাশিংবু মচাগুম নুংশিবি ।
মবুক তম্লি, লান্দা হৈ শিংই,
মতম কুইনা মচা পোক্লবা ভুংদা
পোকখি নিংথিজরবা রাজকুমার অমা,
হয়াউজখি মহারানি রাজকুমার কংজবদা ।
বিম্বিশার নিংথৌসু কয়াগী মতিক হয়াউজবা
বৌদ্ধ লম্বোইবশিংদা দক্ষিনা তৌরম্মী চাউনা ।

কোনুংগী মাইবা-মাইবী কৌদুনা,
সেবা লাংবা তৌহল্লি মহারানিবু ।
কোনুংগী পাঞ্জি কৌরদুনা,
অঙাংগী কোষ্ঠী য়েংহল্লি ।
ওম্লোকপনি নক্ষত্র লগন করি তৌরম্বা
পাঞ্জি মরোল থোক্লে,
ব্রা মচেৎ অমা ঙাঙখিদ্রে ।
পাঞ্জি মশা ঙমদবা মাল্লি,
'ঐবু ঙাকশিংয়ু হয়েং ফজনা য়েংজরগে',
পাঞ্জি হনখি অঙাউবগী মতৌগুম ।

পাঞ্জি মথ্বায় ব্রারম্মি, করম্না ফোংদোকনি ।
'ফোঙদোকএ অফবা নত্তে, ফোঙদোকত্রে অফবা নত্তে'
হায়জরম্মি পাঞ্জিনা মথঙগী নুমিত্তা লাক্লুনা
'ননাইশিং লৈতবা কান্দা
ননাই ঐবু হায়হনবিয়ু ব্রা খরদং'
ময়াম্না মপান থোকখ্রিঙৈ
পাঞ্জিনা হায়জে রানিদা

'রানি অয়েংল অয়ান পুন্না ওাকপিগনি ।
রানি গুণ কনমল্লি নজা ইবুঙোসে
নিংথৌ মহারানি অন্নাকম তাগনি খঙ্জেদো' ।

'করি হায়বা পাঞ্জি !
পোকপদা ওাইরিবা নুঙশিরবা ইচাশিনা
ঐখোয়বু অন্নাকম তাহনগদবা' ।
পাঞ্জি তুমিন লৈরম্মী ।
অসি নত্রনে পাঞ্জি নংনা হায়ববু ।
পাঞ্জি মরু লুকথরম্মী ।
'মহারানি নজা ইবুঙোগী খুত্তা
নিংথৌ মহারানিগী অরোইবা......;
অচুম্বা হায়দোকচবনা
ফগনি খল্লিদো ননাই তোল্লবনা' ।

মহারানি অন্নাবা ইপাক্তা তারে !
খোঞ্জেল খোক্লা কপ্লক্লে,
করি তৌরে সনা ইবেম্ম,
খুম্মুগবা রানি, তাকপিয়ুগবা ঐখোয়দা ।
রানি খুমদে, কপ্লদি লেপ্তে
'ঈ নৌরি, কপ্লিগনু বানি';
হায়জে মাইবা মাইবিনা,
রানি কপ্লা লেপ্তে ।
মহারাজ লেংলক্লে......ময়াম হন্দোক্লে ।

মহারাজনা তন্ন হঙই রানিদা—
'করম্বা নুংঙায়তবা থোক্লবগে রানি' !
রানিনা মীয়ামদা থোকখিনবা ইঙ্গিৎ তৌই ।
মী লৈত্রবা চিক্লবা কান্দা,
নিংথৌগী নাকোংদা বানিনা ব্রা খর হায়খি ।
নিংথৌ শাউবদা থেঙলে তাবদা ।

‘কদায় পাঞ্জিদো হৌজিকমক মগুক ককহনগে’ ।
মহারানিনা ইংনা তপ্না হঙ্গৎচৈ—
‘মহারাজ ইবুংঙো পাঞ্জিগী মরাল নত্তেদো;
ইচাগী নক্ষত্র লগ্ননি ৱারৌবিগনু’ ।

‘পাঞ্জিনা হায়বা খুদিং অচুম্বা নত্তে ।
পাঞ্জি কয়া চৈ নম্বো পোখি
কয়া কয়া ঈশিং তিংখি,
কয়া অমা লোই থাখি,
পাঞ্জি কয়া শংলিংবদা শিন্নখি ।
ফরে পাঞ্জি দন্দি পিররোয়;
মহাক্কি মরান্দি লৈতবা নত্তে ।
ঈ নৌরিবি রানিদা,
অহকপা ৱা হায়বদু মরান্নি ।
কপ্পদি তোকউ, ফত্তবা খনফদে রানি’ ।

ৱা খরসি হায়রম্লগা মহারাজ লেঙথোকখ্রে ।
রানিনা লৈবাক্কি অহেবা পাঞ্জি পুম্বা কৌরগা,
পুংফম, থা, নুমিৎ, মিকুপ ইবা চে পিশিল্লি ।
পাঞ্জি খুদিং চিনখুম মান্নে ।
ৱাবদা থেংলে মহারানি !
নিংথৌ রানি শিননবা অঙাং মাবু য়োক্কদ্রা !
য়োকওই লংশেক্কে খনখ্রে ।
নোংমা নুমিৎ অমা নিংথৌনা শাদানবা লেঙখ্রিঙৈ,
লংশেকউই অঙাংদো উমংদা ।
অঙাং শিখিবা শাদুনা মীয়ামদা পাও শন্দোকখি ।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌনা শাদানবগী হল্লকপদা,
উমং মনুংদা পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অমা,
অশিবগুম তাদুনা লৈরম্বা থেংনরম্মী ।
নিংথৌনা হরাও- হরাও হায়জে—
'অমা পোক্লে, অমসু ফংলে,
কুইনা অঙাং ফংলুদ্রবা তুংদ,
নুংঙাইরে ঐ হৌজিক নুংঙাইরে ।'
কোনুং চংলক্লে, নিংথৌমক্না অঙাং অদু কোন্দুনা
'মহারানি সে ! অঙাং অনি সুরে নুংশিদ্র য়েংউ ।
পাঞ্জি য়েংহনগনু, ফত্তে হায়রগা থব্রায় নুংঙাইরোই' ।

মহারানি ফুম্বংনখ্রে, করিনো তৌরিসিদে !
হুন্দোকখিবা অঙাংদু নিংথৌনা অমুক খুল্লক্লে ।
কপ্পা- কপ্পা হায়জে মহারানিনা নিংথৌদা—
'ইচা শিখ্রে, ফরে মসি য়োক্লসি',
অসি হায়রগা অঙাংদু চেজেৎ কোনশিঞ্জে ।
নিংথৌ তাবদা ঙকখি--
খল্লি, 'হুন্দোকখ্রগা শিখিবনি হায়জনবনি ।
ফরে হায়জন্নবা ওইসনু,
ফত্তবা শরুক অঙাং হুন্দোকপদা যাওখ্রে,
অফবা শরুক খুল্লকপনি খল্লগে' ।

মীয়াম্না খন্নখি নিংথৌগী রাজকুমার লৈখিদ্রে,
নিংথৌনা অঙাং অমা খুল্লক্লে,
অখুনবা অঙাংনা করম্না যুবরাজ ওইগদৌবি !
লৈবাক্কী য়াইফবা পুরক্লোই,
মফম খুদিং পুমনিল নিল্লি ।
রানিনা পাঞ্জি কৌখৎলে,
রানিনা পাঞ্জিদা পাওমেল্লি ।
'অঙাং শিদে রাশি গুন কনমনবনা,
লৈবাক্তা ফত্তবা থোরক্কনি,
থোরক্তনবা প্রতিকারগী মশক ওইনা হুন্দোক্লুবনি' ।

ঙসিদি জুবরাজ পাখং ফারে ।
রাজ কন্যা অমগা লুহোংলে ।
গর্ভাবতি ওইখ্রে রাজকন্যাদো ।
নোংমা লাকই মহারানিগী মৌপম্বা,
যুবরাজগী মাম্ম অহল ।
যুবরাজগা উন্নে বারি বাতায় তৌনৈ–
মামনা হায়–'অহল মতম ওইরবা নিংথৌসে,
মন্ত্রিশিংগী খুত্তা লৈখ্রে ।
লৈবাক্তা অকায়বা থোক্লরে,
যুবরাজনা নিংথৌ ওইবনা ফরনি' ।

·

হন্ন- হন্ন উনরৈ যুবরাজগা,
মামনা হায়...'তাও ইমাক যুবরাজ,
পোকপদা ঙাইরিবা নঙবু,
লংশেকপনি ঐগী ইচে মহারানিনা
শা, কৈনা থল্লবা উমঙদা শিসনু খন্দুনা ।
নপাবুংনা শাদানবা চংলুবদগী হল্লকপদা,
অশিবগুম তাদুনা লৈবা উরকখি নহাকপু,
খঙলল্লবদি করিগুম্বা নহাক্লি হায়বা,
থনমগদবনি অদুম্মক মফমদুদা মাসু ।
কয়াদ তমথিবা লিচং চংখিবা নঙোন্দা' !

যুবরাজ অশাওবনা মরৈ খংপা থোক্ত্রে,
'শোয়দ্রে হন্দক্তি মায় পাল্লনি'....খল্লি মামনা,
মামনা নিংথৌগী মথক্তা অশাউবা অমা লৈ ।
থবক অমা পিনবা নিংথৌদা হায়জখি-
মতমদুদ নিংথৌনা মশেন ইবুংঙোদ
মাগা চান্নবা ফম অমা থিখিগে হায়খি ।
লৈবাক্কী থৌয়াম পুবদা নিংথৌদি কাওথোকখ্রে ।
অমুক নিংশিংলুবসু তৌরুদ্রে নিংথৌদ,
মথন্ত পঙশাউদ শাওজবা মামনি,
লাংলৌত থিবা মামগী লাংদ মমাক থুখি ।

শৃঃ মমাং ৪৯৩ দা–
নিংথৌ মহারানি বন্দি ওইরে,
অজটসত্রু যুবরাজনা নিংথৌ ওইরে,
মাম্ম অমুক লাক্লে, হন্দক্লা করি হায়রি–
হিংহনবদি কান্নদে অঙম অথৌ পুম্ব,
ইমাক নিংথৌ নংগী মাইয়োক্ত লৈ ।
খংদ্রে ইমাক নিংথৌ নংনা ফনবা শিল্লো ।
নিংথৌনা খল্লি–চুম্মি ঐ হৌজিকসু নে তাদ্রি ।
হাৎহল্লগে খন্দুনা হাৎনবা য়াথং পিখি ।
নিংথৌ রানি খুৎ তুংবুন্ন পুবিখি উমঙ তম্না ।

শহরগী মীশিংন কপ্প-কপ্প য়েংহৌই,
উচেকশিংনা অরাক অখংননা খোংলি,
ব্রাহোংশিংনা লুপফেৎ লুপফেৎ চৎলি,
লমহৈশিংনা তুংদা ইন্নরকই,
রানিনা কপ্লি কপ্লি তৌনা ব্রারি তৌরি–
'রাজা মতম কুইনা অঙাং ফংদবদুদা
রাজানা অমমুক লুহোংনবগী ব্রা খন্নখি ।
তাবদা ঐগী থম্মোয় কায়গদৌরম্মী
মতমদুদা ঐনা রাজাদা থা তরুক্কী মতম নিজখি,
রাজাসু হরাও হরাও য়াবিখি' ।

'লাইবক লৈবদগী খোইদৌদা ইহুন তমখি,
রাজাসু ঐসু হরাও মিনোক নোকমিন্নখি ।
কোক্তং চিকপদা গর্ভগী ব্রাখল তৌখি,
মীনাইনুবী কয়া কয়ানা ঐগী সেবা তৌখি ।
মাইবা মাইবীনা ফম শেন্নদুনা ইচা অমা ফংজখি ।
কয়াদা নুংঙাইজখিবা নব্রা উবদা !
অমঙ্গলগী খুদম ফংবদা,
পঞ্জিনা কয়া ব্রানা ফোংদোকখিবা,
পাঞ্জিদু ঐনা খুদক্তা হাৎনিংখি ।
অমুক খম্ভখি– নিংথৌ অমনা কংস হিংচাবা পোকখি' ।

কায়নবগী অন্নাবনা থম্মোইদা খুত্তুম্না শুজখি ।
'ঐখোয় শিনবগী মাবু অমুক খুনজিনখি' ।
নিংথৌনা ইংনা তপ্ন হায়রকই– 'ওকএ রানি তোকও !
ঐখোয়বু য়োকপিনবা ইচা পোকপা তাইবংগী লিচৎনি ।
তুরেলগী ঈশিং হঙ্গৎনা চেন্দে,
ঐখোয়না নুংশি ইচানদি নুংশিদে ।
মমা মপাগী মফমদা মচানা চাম্মরক হন্না লাল্লি ।
অদুবু মচাগী মফমদা মমা মপানা অমুক্তং লানবদি,
ঙাকপিবা ঙম্বা লৈতে হায়নৈ ।
ঐখোয়বু হাৎপগুম মাবুসু মচানা হাত্তবা ওইসনু '!

রানিনা কপ্পা কপ্ন হায়জরি–
'নিংথৌ মহারানি ওইদদুনা,
ইচম চম্বা খুল্লক্কি প্রজা অমা ওইরম্লবদি,
কয়াদ নুংঙাইরমগবা ঐখোয়গী পুন্সি' ;
নিংথৌন তপ্ন খুমলকই–
'খুল্লক্কি অঙাংশিংসু মমা মপা হাৎলি,
মহৈ মশিং তম্লিংদবা ফত্তবা অঙাংগা সঙ্গ তৌবা,
নহারোল কয়া অমা লুৎ পাৎ তৌই, মী হাৎলি ।
নিশানা মরম ওইদুনা করিগুম্বদসু মমা মপা হাত্তোকই,
খুঙ্গংগী প্রজাশিং নে তানা লৈতে' ।

'মী অমা মরাল লৈবসি মী খরগী মখাদনি ।
ঐনা নিংথৌ ওইদুনা রাজভোগ চাবদো
মী কয়ানা কল্লকইবনি ।
মখোয়না শেল চায় ঐনা তৌদনবা হায়,
নংগী নৌপব্রাসু অমনি ঐগী য়েক্লবা ।
মবুক য়েক্লিবদো লাইনা নত্তে, ঐনা য়েকহনবনি ।
অঙম্বশিং অদুনা ইচাদা ইনশিনবী ঐবু নুংশিদনবা ।
মদু ইচানুপানা অচুম্বনি লৌই ।
ব্রাখল অদুনা মাবু ঙাওহল্লি,
অদুগা ঐখোয়দা দষা থঙজিল্লি' ।

অঙাং অদু নিংথৌনা থেংনখিবা মফম অদুমক্তদা,
নিংথৌ রানিগী অরোয়বা শ্বর হোন্দোকখি ।
মতমদুদা কোনুংদা ইরাং লাংনরম্মি,
নিংথৌ মহারানিগী মশু অমা তাইবং ফাওরক্লে ।
নহা ওইরিবা নিংথৌ চেল্লক্তুনা য়েংলরে,
নাব্বা উবদা নিংথৌদো নুংশিবনা তৌফম খংলমদে ।
খল্লকই-'ঐনা ইচা নুংশিবগুম
ইমা ইপানা ঐবু নুংশিবনিকো' ।
নিংথৌনা শগোল পাও থাগ্রে হাৎপা য়াদে হায়য়ু
ওন্থোকপনি হাৎপনা হানগ্রে, পাউনা কোনখ্রে ।

থোঙাকপনা চেল্লক্লগা হায়ররে
নিং[illegible] লূরেল কৎকে হায়, থাজিঞ্জরক্কে ।
[illegible] শাউবনা থম থেংখ্রে,
[illegible]কপা [illegible]বনশিং কোন্দনা
[illegible]ং খোংবগুম কপ্লম্মি ।
'অকনবা নুংশিৎ শিৎপবো, নুমিৎ নহাক্লসু ঐবু চাকথেকপিরো
পৃথিবী মচেৎ মচেং কায়দুনা ঐবু লৈনুংদা চঙহনবিরো,
ইমা ইপা হাৎপগী দান্দ খুদক্তা পিবিয়ু ঐঙোন্দা,
ইমাগী মৌপব্বা মাম্মা, নংগী লাংদা থুরবা ঐনা
খুদক্তা হাৎকনি নংবু চাউরে হৌজিক্তি ঐনা' ।

'কনা লৈ, মাম্মগী লূরেন লৌরুচো,
নহা ওইবনা পঙজরিবা ঐঙোন্দা
চিরোল তৌশিল্লি হন্ন হন্ন,
অচুম্বা মালহনখিবা মাবু
হাত্তোক্তুনা লংশেক্কে শা কৈগী ওইহনগে' ।
মাম্মগী লূরেল নিংথৌগী নাক্তা পুরকখি ।
হৌজিক্তা কপ্লম্বা নিংথৌদো,
মাম্মগী লূরেন উবদা অঙাউবগুম নোকথোরক্লে ।
'নুঙায়রে ঐ হৌজিক,
তাররোই অমুক হন্ন ঐগী নাকোঙদা মাম্মগী খোঞ্জেল' ।

- - - - -

# লাইনা নত্তে মীননি

চহি নিফু শুরবা য়ু থকপা অমা লৈরম্মি ।
খঙহৌদনা য়ু থকপা নিপাদো শিরম্মি ।
ইমুংদুগী শুমাঙদা
লাক্লম্মি, নহা, অহল কয়া;
ফোংদোক্লে অব্রাবা লৈতবদুগী ।
পুম্নিল নিল্লম্মি মিকপ মীরাউখোন্না
ঙাইহাক অমুক চিক্লম্মি ।
অহল অমনা হায়রম্মি
অচিকপা অদুবু থুগায়দুনা;
'লাইগী ব্রায়েন্দি ইচাশা
শিগদবনি অহলনা হান্না;
কোন্ন শিগনি অঙাংনা ।
করিগী হান্ন শিরিবা' !

অহলগী ব্রা তাবদা
খুন্নকখি নহা অমনা,
'ফত্তবা কারবার তৌনরে
ফত্তববু অহাউবা ওইনা খন্নরে ।
ফত্তবা ঙাক্তা চানরে,
অফবা করিনো খংনদ্রে,
ফত্তবদু অফবা ওনখ্রে ।
মনুংদা লৈরম্বা নিশানা,
সড়ক লমজাউ থোরক্লে ।

মীয়াম অমা নিশাদা তাউরে
পুংজা খুদিং য়ুনা মী হাৎলে ।
ঐহ্চ, আহ্, ভি না মতুংদা ইন্নরি,
নমদুনা শেল লৌরুবৈসু,
নোংমৈ গুলিনা তান্নরি, হাৎপিরি ।
মাগী অয়ু লোইদুনা,
তাইবঙ চেঙজেল লোইখিদুনা,
চৎনখ্রিবনি মরি মরি' ।

তনখুম খুন্নকই অহন্না–
'হৌজিক্তি ইচাশা । লাইনা হাৎপা,
ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদো লৈত্রবনি ।
ফত্তবা তৌরুবগী মহৈ
ফত্তবা ফংবনি মানা ।
অচুম্বা থবক তৌ, অচুম্বা ৱা ঙাঙু;
নুংশিবিয়ু জিবশিংবু ।
য়ু, মৈখু, তলব, দ্রগ চাবিগনু' ।
অহল অদুনা মখা তারম্মি–
'ইচাশা- ইশুশা শিখ্রবদি করিগুম্বা
নখোয় মরোল অমা
য়োকপিনি কনানা নখোয়গী নচাশিং' ।

- - - - -

# অপসরা মেনোকানা তেংথাবা

নোংমা নুমিৎ অমা ইন্দ্ররাজগী কোনুঙদা
নারদ মুনি লাক্লম্মী,
নারদনা ইন্দ্ররাজদা হায়রম্মী
চেকশিল্লু ইন্দ্রবাজ
"বিশ্বামিত্র মুনিগী ইন্দ্ররাজ ওইনবা লাইনিংবা" ।

মিকুপ অদুদগী বিশ্বমিত্র পনবা য়াদ্রবা ইন্দ্ররাজ
ফুক ফুক হৌগৎলম্মি সিংহাসন্দগী;
মখোয়দৌ থিৎনা শাউরম্মি ।
মিকুপ অমা ইংন তপ্ন লৈঙমদ্রে ।

'করি উপাই তৌদুনা
বিশ্বমিত্র মুনি মাঙহনশিগে;
কনাগা ব্রা তান্নসিগে'
অসিতা খন্দুনা লৈরম্মি ।

'তারগা নোক্লখিনি মখোয়না
পাম্বৈদি পুথোকপিরোই মখোয়না ।
লাই হাযবসিদি মচিন থিবনি ।
অদুঙৈগী লাইগা হিংচাবগগী লানফমদা,
মাইথিবা ফংখি লাইগী মাইকৈ' ।

'লিংজেল মান্নে হিংচাবশিংদি ।
অচৌবনা ঙাংবা ব্রা হিংচাবা ময়াম্মা ইল্লি ।
লৌনম চাউবসু হিংচাবনি ।
সমুদ্র মন্থল তৌবদা,
ফংলকপা অমৃত পুম্বা,
রাহুগা কেতুগনা হুবানখি' ।

'বিষ্ণুমক্লা মোহিনি শওং লৌদুনা
হিংচাবগী সেবা তৌরগা
অমুক লোন্না পুরকখি অমৃতদো' ।

'লাই নুপানা লাই নুপি শাব'
নুপিদ নুপি ওইরবোই নিংলুবনা
অঙাউবা মহাদেবনা কোনশিল্লুবদগী
অঙাং অমা পোকখিবনি ।

মঙাউ থিবা লাই হায়বদুনি ।
অদুবু হৌনবা থবক্তা ।
অমৃতথক ফংনবা হোৎনবদা;
ইকাই ইকি থাদোকখিবা,
তান্নররোই ঐ কনাগসু',

'অপসারা অমা থারগা
বিশ্বামিত্র মুনিবু মিহৌহনবা ঙমগদ্রা ?
অমা শাপ তৌদুনা মাঙহ্রবসু
অমা অমুক থাদুনা য়েংনিদনা,
নূপী হায়বসিদি অঙকপনি
মানা ইমানি, মঙোন্দগী থোকখিবা ঙাক্লি ।
মানা মাংহনবা ঙম্মি খুদক্তা ।
মানা ইংহনগে ঙম্বনি ।
শক্লোন কয়া পুবিনি নুপীদি';

নুপীদা ঙাউদবা কনা লৈ সংশারদা ।
ব্রহ্মমকসু ঙাউদুনা মকোক মরি পানখ্রিবনি ।
মামক্লা মচানুপি শ্বরস্বতি লৌদুনা;
সমভু মারুগা সটারুপকা পোকখিবনি ।

স্বর্গগি অপসরাশিংনা
ঙমদবা করি লৈবগেনে ।
মর্ত্তগী নিংথৌরেন পুরুবর্ব
অপসরা উবর্বাসি লৈশিন্দুনা
মর্ত্তদা রানি ওইরম্বা ঐ নিংশিংলি
লাইরেম্বি গঙ্গা দেবিনা শান্তনুদা লৈরুবা নিংশিংলি
উনা শাবা নুপিগী মুর্ত্তিদা থরায় হাপ্তুনা;
মর্ত্তগী হিংচাবা কয়া কয়া
যুগ কয়া কয়াদা হাৎলক্লিবনি ।

বিস্বামিত্র মুনিগী লাইনিং থুগায়নবা
রম্ভ, মেনোকা, উববাসি, চিত্রলেখা,
চিত্রভানু, কনানা খিৎ মফগবা ?
মেনকা ওইনা থারগে
মেনকা কৌরগা হায়রগে ঙসিমক ।

মেনকা য়ৌরক্লে ইন্দ্রগী কোনুংদা

'মেনকা নিংথিজবি ফজবি,
নঙগুম্বা লৈতে স্বর্গ মর্ত্ত্য, পটাল,
ময়োল অহুমসিগী নিংথিজবি নঙনি ।
নঙতনা থবকসি ঙমগনি
নঙতনা অপসরাশিংদগী অশিংবনি
নঙতনা ঙমগনি ঐগী থবক,
স্বৰ্গগী লাইমক্লসু মিতাবী ইবেম্মা ।
নঙনা জগোই শাবদা
লাইয়াম পুম্বা শুমহৎপগুম;
শুন্নুবা লাইনিংবা নুপাসু' ।

উব্রা মর্ত্ত্যদা বিশ্বামিত্রনা তৌরিসে
ঐগী ইহুৎ শিন্নবা হোৎনরি মানা ।
নংনা মাগী লাইনিং কায়নবা
নুপী ওইবি নখোয়গী
লৈজবা শক্তি পুথোক্তুনা
হোৎনৌগবা অমুক্তা ।
চরাংনবা ঐগী পুক্লিং
শান্তি ওইহল্লু অমুক্তা ।

'ইন্দ্ররাজ ননাইদি তোল্লবিনি
থৌগলগীদমক লৈজবনি;
তাকপিরিবা নয়াথং

হিক্তোকচবা ইতিক নচ্চদে ।
চচ্চনি মর্ত্ত্যদা বিশ্বামিত্র মনাক্তা,
হোৎনজগনি লাইনিং থুগাইনবা
ওমজবা খিবিক পুথোক্তুনা' ।

'শওং শাদা নিংথিবী
স্বর্গগী লাইরেম্বী নহাকপু উবদা
চরাম্নবা নোংশানা শক্তি লাকপগুম
শোয়দনা ফাখিনি বিশ্বামিত্রনা নঙবু ।
ঐনা শেঙনা হায়রি মেনকা
নঙনা মসিবু_
খুদুম চন্নবা হোৎনবদা
চংগদবা দরকার হায়য়ুনে
ঐ পিগে নঙোন্দা ।
নুংশিৎ লোয়নখো
নঙগী থৌদারোই ওইনবা ।
মাই পাক্লবদি নরাইবক ইরাইবক লৈদুনা
চহি অমা মর্ত্ত্য য়েংদুনা লৈথোকচৌ' ।

মমিত্তা পিগী ইরা চেনবা
উখিদনবা হোৎনবদা ব্রাজরবী মেনকা,
খুউ খুদক কুন্দুনা, মখুৎ অনি লোন্নজদুনা
বিদায় লৌরম্মী মবুঙোদগী ।

ইতা অপসরাশা ঐদি ব্রারেদা !
তমথিরবা বিশ্বামিত্রগী মনাক্তা,
চৎলু হায়রি ঐবু মাগী লাইনিং পুজা থুগায়বা ।
মতিক মগুন মথৌনাদা মপা লৈত্রবা
ওইরম্মী বিশ্বামিত্রসু লৈবাক অমগী নিংথৌ ।

নোংমা উমংদা শাদানবা চৎপদা
থেংনরম্মী বসিষ্ট মুনিগী খাংপোকশঙ ।
চাদ থক্তবন মখোঙ থাংবা থোক্তবা
বিশ্বামিত্রগী খোঙলোই পুশা.

পোত্থারম্মী মফমদুদা ।
বিশ্বামিত্রগী লোইনবকপা পুন্নমকপু
অতিথি সেবানি খন্দুনা
কামধেনু মখোম শুমদুনা
মবুক পেন্না পিথকখি ।
মবুক ফত্রবা নিংথৌ বিশ্বামিত্র
করাম চাওবা লমহেনবা লৈবাক্কী নিংথৌ
চাদদনা শিগদৌবদগী কনবিখিবা
বসিষ্ট মুনিগী ষণবিবু
মাগী ওইবা পামখি ।

‘চৎলু কামধেনু, চৎসি কোনুংদা’
‘মুনিদেব ঐহাকপু পিবিখ্রব্রা নিংথৌদা’
হঙজে কামধেনুনা বসিষ্টদা
‘ইবেম্মা, ঐদি পিদে নংবু
নমদুনা লৌনি হায়রি নিংথৌনা
চৎকনুকো নঙ ইপাবু থাদোক্তুনা’ ।
‘মহারাজ ঐবু ইনবিগনু
ঐবু ফুগনু মহারাজ
ঐ চৎচরোই মুনিদেবনা চৎকনু হায়রি’ ।
হায়জে কামধেনুনা বিশ্বামিত্রদা ।
‘নয়াংলেন তৎখৈ ফুনি
চৈ চাদ্রিঙৈ চৎহৌ’ ।
চৈ থাঙঙি, লাউই কামধেনুদা
লাউবগা লোয়ননা লিচৈনা শাস্থরম্মী ।

ময়াঙলেন নারবা কামধেনু শাউরম্মী ।
মশা পুন্বা থুপচিল্লি, অমুক অমুক নিক্লকই
অমুক নিকপদা মতুনা তেন ওইদুনা
বিশ্বামিত্রগী খোঙলোইশিং পান্দুনা,
শিনরম্মী অব্রা নাহে চন্দুনা ।

অহুমলক কামধেনু কৌবী ষণবিদুনা
নিকপদা থোরকপা মতুগী তেন্না পান্দুনা
শিখিবম্মী খোংলোই পুন্বা
বিশ্বামিত্রদং হিংহৌরে ।

বিশ্বামিত্র চেনখ্রে মফমদু থাদোক্তুনা
খনখি মানা চেন্ন চেন্না
'উমঙদা লৈবা লাইনিংবা অমনা
তৌঙম্বা হেল্লি ঐখোয়দগী ।
ঐনা নিংথৌনি খন্দুনা চাওথোক্লুবা
কবিসু ওইরমদ্রে লাইনিংবগা য়েংনকবদা ।
ঐসু নিংথৌ ওইররোই ঙসিদগী
লাইনিঙবা ওইনা লৈরগে উমঙদা' ।
অসি খন্দুনা বিশ্বামিত্র নিংথৌদো
হঞ্জিন্দ্রে কোনুংদা ।

অশোংবা উমঙ য়েংদুনা,
শাফগদবা মফম অমদা,
অপিকপা খাংপোকশঙ শাদুনা,
বাখল অতে তৌদনা,
লৈথোক্লম্মী লাইনিং পরে চেৎনা ।
মাগী হোৎনবগী মপান্না;
ক্ষেত্রিদগী ব্রাহ্মণ ওনখিদো ।
ব্রাহ্মণমক্লসু ওইঙমদবা ব্রহ্মঋষি ওইখিদো ।
মতিক লৈবা হোৎনবা কনবা
মাগুম্বা ঋষি অতাঙবনি হৌজিকসিদা ।
ইন্দ্ররাজ ওইনি খল্লিদো ।

ব্রহ্মঋষি কয়াগী শাপ্না
অপসরা কয়া নূঙ ওনখিদো;
কয়া অমনা ওনখি লাইরেন;
ওইগদ্রনে ইতাশা ঐসু মখোয়গুম ।

তান্দ্রা ইতা খঙদ্রা নখেয়নু
দৈত্য, দানব, রাক্কস কয়ানা
ব্রহ্মঋষি বিস্বামিত্রগী অশ্রমদা;
নুতিগী ওৎলৈ নৃঙ, তেন, গদা লঙশিন্দুনা.
হোম, জোব যৈজ্ঞ, ধ্যান ঙমদ্রে ।

মরম খিবিক অসিদগী
অযোধ্যাগী নিংথৌ দশরথকী মপারি
রামচন্দ্রগা মনাও ইনুঙো লক্ষ্মনগা
মাগী লাইনিং কাযদনবা
অশ্রম শঙহনবনি মখোয়নিবু ।
লাইনি হায়নরিবা রামচন্দ্রমকপু
পান্নহল্লকপনি মাগী লাইনিংফম ।
করিসু লৈত্রবা ঐগুম্বা অমদি
করি ওইগদগে ইতা
শাউগনবা ঋষিগী হৌনবী
ভস্ম, নৃঙ ওল্লো, ষণবি ওল্লো
অমদি হায়রক্কনি শোইদনা
ঐ য়াম্না কিরে ইতা কমদৌনি ।

দান তৌবদা হালেঙদবা,
পিনহৈবা, পিজ পিথক ফজবা,
পিথোকপদা পাম্মুবা লৈতবা,
নিংশিঙলকই মহারাজ হরিচন্দ্রগী দষা ।
দানগী চাংয়েংদা হবিচন্দ্রনা রাখিবা
মহাঋষি বিস্বামিত্র
নোংমা লাক্লম্মি হরিচন্দ্রগী কোনুঙদা ।
মথেল লুকোয় শেমদুনা
অহাও অথুম মরাং কায়না হাপ্পুনা,
অরাৎ অপা নিংথৌ মশানা য়েংশিন্দুনা,
সেবা তৌরম্মি মুনিগী পেন্নবা ।

চাবা থকপা লোয়বগা
দক্ষিনা তৌরো হায়রক্লে ।
'মুনিগী দক্ষিনা করিনা পেনবিগনি' ?
হঙজে নিংথৌনা ইঙনা তপ্লা ।

নঙনা ঙাকপা লৈবাক পুম্বা
ঐঙোন্দা লোযনা কৎলো ।
কৎলম্মি নিংথৌনা লৈবাক পুম্বা
তুংগী ৱাখল তৌদনা ।
লৈবাক্কী মথক্তা দক্ষিনা তৌবো মহাবাজ ।
পুথোক্লম্মি মহাবাজনা সনা তাঙ্গ অমা ।
পুখম অমগী মথক্তা হাপ্লদুনা,
খুউ লৈতানা খুকল্লগা,
থম্লম্মী দক্ষিনা মুনিগী মাংদা ।
"নত্তে মহাবাজ নংনা ঐঙোন্দা লৈবাক পিখ্রে ।
লৈবাক অসিদা লৈবা পোৎ খুদিংমক.
ঐগী ওইরবনি, নংগী নত্তে ।
লৈবাক অসিগী প্রজাশিং ঐগীনি ।
লৈবাক অসিদা লৈবা,
জিব পানবা পান্দবা পুম্নমক ঐগীনি.
সুপ্নগী নিংথৌ নহাক. মহারানি, নচা ইবুঙো
অসি নত্তনা ।
নঙ খঙদে, লৈবাক পিবদা
নঙনা দক্ষিনাগী পুথোবকপা সনা ঐগী ওইখ্রবনি
খঙউ ।
সনা তাঙ্গ তবেৎ মখায়
হাপকদবনি দক্ষিনা ওইনা
হেনবা যাই তাবদি য়াদে" ।

হরিচন্দ্রগী লৱাই লেম্ফুদা
বিস্বমিত্রগী ৱাহেশিংনা ব্রজ ওইদুনা

তারকশ্রে, অখাক অরাউগা লোয়ননা ।
তৌঙম্বা হরিচন্দ্রনা মশা য়োনবগী মমলদা,
বানিগী মমল হাপ্তুনা,
তাঙ্গ লা অমদা সনা তাঙ্গ তরেৎ মখায় হাপ্তুনা,
চাউরবা লৈবাক অমগী মপুবু,
চাংয়েং তৌবিরিনি হায়দনা,
অদুক থীনা লাক্ল ঙম্বা,
মহাঋষিনি মাদি ।

'ঐদি থাজদ্রে অমুক হল্লক্কনি হায়বা
হল্লকপা ওইজগেকো অমুক
তিঞ্জগেকো নখোয়গী নরক্তা' ।
উবর্বসি শকহেনবী অপসরানা
মেনকাগী মপুক্লিং ৱাদনবা
নুংশিনা চান্ন তৌদুনা–
ইতা মেনকা নিংথিজনা লৈতেংঙু
সনারিক পরেংনা থবাক্তা ঙাম্থোইহল্লু;
নাদ নাইন ফাউ,
নুপুর শিরব্রা ৱাৎকনু লৈতেং,
নংবু উবদা ঙাউদ্রবা নিপাদো নুপীনি ।

করিমত্তা ৱাগনুকো ইতা চান্নবি ।
নম্রিত্তগী নপি তাহনগনু পাম্মুই;
অপাম নুংশি থুংনগদৌরেবু খঞ্জৌ;
নুংশিৎকা লোয়ননা চৎলুকো ইতা ।
নুংশিত্তা হায়নৌ,
বিস্বমিত্রগী মনাক য়ৌবদা
নওগী নফি হুমদোক্নুনা
বিস্বামিত্র মুনিগী খোঙ ময়াদা থম্লবা ।

নঙগী নুপুর খোঞ্জেন্দা
বিশ্বমিত্রগী লাইনিং কায়সনু
মানা মমিৎ পাওথোরকপা
উশনু নঙবু ফজবা পুম্বনা তিনবা ।

- - - - - -

## পলেম ইমা অপোকপী

পলেম ইমা নুংশিবী,
ইমা নহাক্না ঐখোয়বু পোকপিরে;
তাইবং মশক খঙহল্লে ।
ইমাগী অমৃত্ত খোল্লাং থকচরে,
খোল্লাং লমন্দি শিংহৌদ্রে ।
নুঙায়তে খল্লু খল্লুবগা,
ঐখোয় চাউনবা হোৎনবদা;
শুবা নোম্বা রাজশ্বরি,
করম্না কাওসিগে ইমা ।
ইমানা হিংলিঙৈ,
ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ,
ইমানা রাজখিবা,
খঙজদে অপঙ' নচা ঐখোয়না মতমদুদা
নিংশিংলকই নহাকপু তোয়না তোযনা ।
নিংশিংলকপা খুদিং মিত্তা পিবাং ইরোইনৈ ।

সনা, লুপা, মনি মুক্তানা,
শাজনিঙডি ফুরা ইমাগী মোংফমদা ।
লৈত লাইর তোল্ল তারবদা;
তৌজনিঙডি পিজ পিথক;
ইমাগী কুমওন্না লাকপদা

পৃথীবী কোয়না চৎলুরে,
নুংশিবা কয়া উরকই,
থেংনরক্কে নওগুম্বা নুংশিবা অমা ।

প্রকৃতি খোংচৎ তুংইন্না,
চৎথ্রেদো ইমা নহাক্তি,
হন্দোপিরন্নে ঐখোয়বু প্রকৃতি তমপাক্তা ।

মিত্তুগী পিনা কণ্ঠথ্রবসু,
নিঙশিঙগনি ইমা নওবুদি,
নচা ঐখোয়না হিঙলিখে । ·

----

# তারাগী সার্কস

জয়পুর নিংথৌগী মজা ইবুংঙো যুবরাজ,
মপা ইবুংঙোগী হেক মতুংদা নিংথৌ ওইগদবা
মথোক কারকপগী নিংথীজবা মানা,
নুশিজরুই জগোই শাবিগী মচা নুপী,
অমত্মা পোকচবি তারা দেবী ।
থা তরেৎ নাওপুম্থ্রবনি ।
অম্মা ঈপাক্তা তাররে ।

জগোই শাবিগী মচা ওইজরবসু
জগোই শাবা হৈতে মাদি ।
সার্কস তৌবদদি মপা লৈতে;
মমিং চৎখি ভারত শিনবা থুংনা ।
নিংথৌ মহারানি ঝা তান্নরম্মি
করম তৌরগা তারা দেবী লৌরোইদগে !
নিংথৌ মচানা মিনাইনুবী লৌরগা
লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা য়ারোই ।

ব্বা কয়া খন্নরবা তুংদা
মহারানিনা ব্বা লোইশিল্লি ।

'মহারাজ ইবুংঙো ননাই ঐদি নিংশিংলি,
তারা দেবীনা থৌরিদা চৎপদো ;
মাগুম্বা য়াওদে হায়নৈদো,
মাবু থৌরিদা চৎহলসি
মশা লুমলে হৌজিক্তি
মহৌশাগুম তয়াং তয়াং চৎপা ঙম্মরোই' ।

মহারানিগী ব্বা তাবদা
মহারাজ পুক্লিং লৈতাখিদে
কয়ারক হন্না খল্লবা তুংদা
হায়রম্মি রানি য়েংদুনা–
'রানি মাবু থৌরিদা চৎলু য়াগদ্রনে' ?
রানিনা তনখুম খুম্মম্মি–
'নিংথৌ রানিনা হায়বা য়াদবদি
থমহৈদেনা লৈবাক অসিদা
লোই থাগনি মখোয়বু
থৌরি চৎলে শিরনি
লোই থারে অমুক উনরবোই' ।

পাও অসি তাবদা লৈঙমদ্রে মজা ইবুংঙো
নহা ওইরিবা যুবরাজদো ।
লৈঙমদ্রে তাবাগী মমা ইবেম্মা জগোই শাবী
মচা কোম্দূনা কপখি–
চৎকনু ইবেম্মা থৌরিদা
লোই থাগে থাসনু
লৈকসি মীবমদা নুংঙাইনা ।

নিংথৌগী মজা ইবুংঙো যুবরাজ
পুক্লিং পল্লেপফম খংলমদে
রাজবনা থম্মোয় পুঙমদ্রে ।
কপ্পা কপ্পা ·যৈদে তাবাদা

তারা মহৌশাগী নক্তে নং
নশা লুমলে হৌজিক্তি
চৎপা ঙম্নরোই থৌরিদো
নংবু শিসনু শিনবনি
য়াগনু তারা নহাকপু !

তারা খংই, থৌরি চৎপা ঙম্মবোই ।
নিংথৌ মহারানিগী ব্রাখল
তারাসু উবা ঙম্মী ।
নুংশিবা থাদোক্কুনা মীরৈবাক্তা চেন্দে শরুক
নিংথৌ মহারানিগী অপাম্বা
থুংহনগে নিংখি লাইবক চাওবিনা ।

তাবিয়ু যুবরাজ
ঐনা থৌরিথক্তা চাম্মরক হন্না চৎখিবা–
ইবুংঙো নহাকসু উবিখি
ঙসিসু ননাই ঐঙোন্দা অরায়বনি
ব্রাবিগনু যুবরাজ
যুবরাজনা ঐগী থম্মোয়দা লৈরিখে
ঐনা করিসু কিজবা লৈজদে ।

মমা ইবেম্মনা কপ্না কপ্না কয়ারক হায়
য়াদে তারা দেবীনা ।
যুবরাজনা কয়ারক হন্না হায়জে
য়াবিদে তারানা কৈদৌনুংদা ।
লৈবাক নিংথৌ রানিগী নিংবা থুংনবা,
লৈবাক্কী অফবা ওইনব,
যুবরাজনা নিংথৌ ওইজনবা,
শিখিবনা ফৈ- অসিতনি খঞ্জবা তারানা ।

ঙসিদি তারানা থৌরিদা চৎকনি ।
মীপুম তিংনা য়েংবা লাকই
অঙম অথৌ কয়া তিল্লি ।
করিনো থৌরি অসিদে !

মপাঙ্গল য়াওদ্রবা কুইরবা থৌরি,
মহৌশানা ফুট তরুক্তা মৱাংবা,
ওসিনা ফুট তরানিথোই ।
মীয়াম্মা খম্নে, কুম্মেরা, মী হাৎনবরা
তরাদি নোকমি নোকমি তৌজৈ উবদা ।

মমা ইবেম্মা লাক্তে,
মযুমদা নোং খোংবগুম কপ্পি ।
যুবরাজসু অদুমগাই ।
মানা নুংশিরুবদগী
তাবানা অসিবগী খয়াত্তা তাবনি ।
নিংথৌ মহারানিনা হাৎপা নত্তে
যুবরাজ মানা হাৎপনি ।

অনুপ্সু খম্নে যুবরাজনা
নিংথৌ মহারানি হায়বসে,
মীহাৎপগী মকোক্কি, হুবানবগী মকোক্কি ।
কয়াদা নুংশি হৈতবা মখোয়গী পুকচেল,
কয়াদা পুকচেল পিকখ্রবা,
তারানা শিরবা মাসু শিগনি খঞ্জখি ।
যুবরাজগী ৱাখল নিংথৌ মহারানিনা উখি
অঙম অথৌ খরা লাকই ;
যুবরাজ ফাদুনা কৈশুমশঙদা থমজিনখি ।

লাইবক চাওবী তারা দেবী
শিখি থৌরিদগী তাদুনা ।
মচাই' ৱাখল পুঙমদ্রবী
মরাইবক থীরবী মমাসু,
শিখি মচা শিবগী পাও তাবদা ।

কনানসু হায়দে, কনানসু তাক্তে যুবরাজদা
তাবা দেবী শিরে তাক্রুবসু খংগে
নুমিৎ কয়া, থা কয়া, কৈশুমশংদা লেনখি যুবরাজ ।
রাজকন্যা অমগা লুহোংনবগী থৌরাং লোয়নরে ।
নুমিৎ অদুতদা থাদোকপি যুবরাজদো ।

নিংবা কায়বনা থম্নবা যুবরাজ
নিংথৌ ওইরকখি লৈবাক্কী ।
মহাক্না পাম্লিঙৈ মীহাৎ মীপুন য়ারমদে:
লায়রবশিংবু ইনাকখুনবনা ওৎপা য়ারমদে:
মীওৎপা অঙম্বশিং দন্দি চাওনা চাওনা ফংলম্মী ।
নুপীশিংবু লুনা চান্না তৌবিরম্মী ।
লৈবাক মরা তপ্না পাম্লম্মী ।

তারা হিংলম্লবদি করিগুম্বা
ওইরমগনি মাসু তমথিবা নিংথৌ ।

নুংশিরবী তারা নংগী ব্রারী কাওনদে কনানসু ।
নহাক অমা শিবদা লৈবাক ইংনা পাম্লিদো:
অসিতনি নংনা পামজখিবা ।

------

## অরেম অপা চাবা

হন্দক কনানা কাগদবা মাল্লি ?
ব্রাবী শান্নে নহারোল মঙা- তরুক,
'চাওভলনা কাগদবা মাল্লি'
খুম্মী অমনা য়াম্না থুনা
'অদুদি ঐখোয় মাগী ভোৎ খোমসি;
ঙাওশিন্নবা ওক্তবা নহা মঙা-তরুকসি
মীয়াম্না তুক্কচৈ, কিনা চৎলি
মখোয়গা ব্রারী শান্নবা পামদে ।
চাওভল হরাওরে মখোয় উবদা ।
'ইনাওশা নুংঙাইরে তাবদা
নখোয় পুম্নমক ঐগী মাইকৈদা লেপ্লদা,
করিগী কারোযদগে ঐ ?
অপাম অপাম্বা চাও থকউ

নুংঙাইনা লৈবু মকমসিদা
ঐগী ইথিং য়েংউকো ।'

নহারোল মঙা-তরুক্তো থক্লিংবা থক, চানিংবা চা,
লৈ চাওভলগীদা নুংঙায়না ।
দ্রগ চাবা হৈরমদবা হৈরে,
য়ু, খৈনি, লোইনা হৈনরে,
নোংমতং চাহৌদবদা ব্লারে;
শা, ঙা চাই মরাং কায়না
ওইরে মখোয়সু বোডি গার্ড ।

নুংঙাইতবা অমদি লৈ মখোয়দা
নুংঙাইনা তুম্নবা অহিংদা
হৌদোকপি মখোয়বু বোডি গার্ডশিংনা ।
খুৎসু খুৎলায়, নোংমৈ লোইনৈ ।
জিপ্সা তোংঙি উইরি উইরি তৌনা,
অথেংবা অহিং কয়াদা
থোঙ্গাল কয়াদা গারী খাম্মী ।
নোংঙাল্লমদাইদা হল্লকমিন্নে চাওভলগা ।

ভোৎ কারে চাওভল ।
ওক্তবা নহা খবদো,
নুংঙায়বা মপাল শাবে ।
ঐখোয়না তৌবা থবকপু শোযবা হৌনব্রো ?
হায়নৈ মখোয় মশেল ।

চাওভল মন্ত্রিনি রুলিংগী ।
"ঐখোয়" মকপসে সিফাই খন্নিংঙি;
শোই অমুক্তং তৌবিদ্রবদি
হায়রৈ নহা অমনা নোল্লুক্লা ।
হরাও হবাও তৌখি শোই ।

"ঐগী মরুপসি ঠিকা মচা অমা তৌনিং মাল্লে
রিকোমেন্দ অমুক্তা তৌবিয়ু" ।
হরাও হরাও তৌথোকই চাওভলনা ।
"ঐগী মরুপসি চীংদা লৈজবা কুইরবনি
শোমদা অমুক্তা লাক্লবা তৌবিয়ু"
Pl. consider urgent ইবিখি এপ্লিকেসনগী নাকন্দা
"থবক অমত্তং পিবিয়ু, ইচেনি"
হায় নহা অমনা নোকমি নোকমি তৌনা ।
D.O. letter অমা থোক ইবিখি চাওভন্না ।

মন্ত্রি চাওভল খাঙবা ঙমদ্রে মখোয়না নৈবদা ।
করম তৌরগা তাম্থোকসিগে খল্লি পুক্লিংদা
তাল্লক্তুদা লাকই ফিজম শেৎপা পুলিস গাড়ি অমা
অরোনবা ব্রা খরা হায়রম্মী মন্ত্রিদা
পুলিসশিং চৎখ্রে মন্ত্রি খোয়শাওনহৌরে ।

মথংগী নুমিত্তা মন্ত্রিনা
গার্ড মকোক্কী মনাকোংদা ব্রা খরা হায়খি ।
নহারোল মঙা-তরুক্তো য়ৌরক্লে মহৌশাগুম
মখোয় লাকপা উবদা
গার্ড মকোক ফোন পায়খ্রে ।
করিগী ফোন তৌনবনো খংনদে কনাসু ।
কুইদে থুংলৈ গাড়ি অহুম ।
তাপ- তাপ ফারগা হায়-
"গাড়িদা কাখৎলো নখোয়" ।

নহারোল মঙা-তরুক্তো পুবিখ্রে ।
মমা মপা লাক্তুনা মন্ত্রিদা হংজে-
"করিগী ওইরবনো মখোয় ফাববো
ইবুংঙো মখোয় থাদোক্লবা শিনবিয়ু" ।
"করিসু তৌরোইদা খুরা, তাদা, মামা,
হোরেল্লা হয়েংলা থাদোকচরক্কনি ।"

নুমিৎ তরেৎ নিপান্নি সুরে থাদোরক্লে ।
অমুক হংজরৈ মন্ত্রিদা—
"ইবুংঙো নিপা ঐখোয়দি খরা মফৈ,
নুপিশিংদি কপ্তুনতা লৈরেনে,
থাদোকপিবা য়াদ্রিব্রা ?"
ব্রা অদু তাবদা মন্ত্রি শাওনা খুমলকই—
"করিনো হায়বিরিসিবো
ঐনা ফাবা নঙ্গেনে, পুলিসনা ফাবনিনে ।
ঐনা করম্না থাদোক্কদগে !
নুংদাং খুদিং য়ুমথোং খুদিং,
লুৎ পাৎ তৌরম্লে মখোয়না,
মরান্না মপোৎ ফাদুনা তৌবনিনে
ঐনা ফনা হোৎনজরে য়াদে ।
মনিষ্টরনা ইনাশিনবিব্রদুম হায়রকই ।"

- - - -

## মীচা কল্লু

'শিবো শিরে' লাওরি মী খরনা,
'ও ইমা ! ঐ শিরে ঐ শিরে' লাওরি কর্নাবনবা
'তাদ্রা লাওনরিবসে সড়ক্তা,
হাৎনব্রা শুনব্রা অমা তৌরে,
য়েংবিরুবা থোক্কুনা অমুক্তা ।'

'হায় নুপী পঙগনু !
খৎনৈ তারবদি তুমিন লৈয়ু !
মতম ফত্তবনি হৌজিক্তি ।
থায়নগী মতমদো নক্রে ।
তুমিন লৈসি ইমুংদা,
খৎনবা মসেন শিদ্রবনি,
অখাম অখাম্বা শিরবনি,
ঐ শিনবা খাম্মুদ্রা ?'

'পুলিস মপৈ লাক্লনি;
খৎনবা তাব্রা 'তাদে' খুম্মু;
ফুনবা তাব্রা 'খংদে' খুম্মু,
কনা কনাগী খোঞ্জেলনো হংলক্লগা,
'খংদে খংদে' তা খুমখ্রো ।
অদুতনা মফরবনি হৌজিক'সিদি ।'

'ইচা পাখং ফারে,
হৌজিকসু হল্লক্ত্রি য়ুমদা,
ইচানি খংদে, মীচানি খংদে ।
পিকএ চাওহন্নিংই;
চাওরকএ লৈফম খংদে, হল্লক্ত্রি'খে
মঙন মঙ নুংঙাইতবনে
ঐ থোক্তুনা হেক্তা য়েংউরগে ।'

তাঞ্জাদুদা ইমুংদুদা
ফিংনা লাওরকই নিপা অমনা–
'চাওতোন, মেমতোন তাব্রা
সড়ক্তা নজা ইবুংঙো তুহৌই
ডাক্তর থুনা য়ৌহৌসি,
ঐনা গাড়ি ফারে,
থুরকউ, থুরকউ, থুবকউ ।'

----

## নহুষকী মরাল করিনো

স্বর্গগী ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামগী মাংদা,
মতম চুপ্পদা লাইরেম্বীশিংনা জগোই শাই ।
কয়াদা নিংথিজনা শাবা জগোইনো ।
ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম খিবিক,
মমিৎ কুপতে ময়া কান্না য়েংনৈ.

রমভ, মেনকা,উববসি চিত্রলেখা,
চিত্রভানুনচিংবনা শাবা জগোই ।

অমুকখক ইন্দ্র দষা তাখি ।
ইন্দ্ররাজ কোয়রোং লোত্তুনা খাওখি ।
স্বগগী লাইয়াম পুন্নম্মী;
কনাবু ইন্দ্ররাজ খনবা ।
কনানা খিৎ ফগবা ।
লাইনিংথৌ লৈত্রবদি ঐখোয় করম্না লৈগনি !
লাইয়াম পুম্নমক কুপ্না নৈনরে য়ানরে;
মৰ্ত্তগী নিংথৌ নহুষপু ইন্দ্র হাপ্পা ।

মর্ত্তদা লাইয়াম কুম্নক্লে;
নহুষ নিংথৌদা হায়জররে;
লাইয়াম ঐখোয়বু কনবিয়ু স্বগগী ইন্দ্ররাজ ওইবিয়ু ।
মশক মতৌদা লাইগুম্নবা;
মবুক তপ্পা অচুম্বতা পামজবা;
মর্ত্তগী নিংথৌ নহুষনা;
লাই পুম্নমক্তা মকোক নোল্লগা খুম্নম্মি—
লাইয়ামশা ননাই তোল্লবা ঐনা;
ইন্দ্ররাজ ওইবা ইতিক চাক্ৰদে ।

মর্ত্তগী নিংথৌ নহাক্কী;
নতিক নগুণ তাজরে ।
অচুম্বতা পামজবা নহাক্লি;
নহাক্কী পুকচেন্দি অঙাংগুম তৌইদো ।
ব্রাহ্মণশিংবু লুনা চান্না তৌই নংনা,
প্রজাশিংবু নচামক্লি খল্লিদো ।
লৈবাক ব্রায়েল বিচারদা,
নংগুম্বা লৈতে হায়নৈদো ।

ইবুংঙোনা ইন্দ্র ওইদ্রবদি,
কনানা ইন্দ্ররাজ ওইবিগবা !

ঙসিদগী নহুষ ইন্দ্ররাজ ওইরে ।
নহুষ হৌজিক্তা খংলক্লে;
নুংঙাইরেদা স্বর্গগী ইন্দ্ররাজ ওইবসে !
মর্ত্তগী নিংথৌ ওইবদি,
কয়াদা অৱাবগী মশক্লো;
মৈথক্তা ফম্বগা পাঙখক্লি ।
মৈরম পাংবদগী লান লাকই পাওদম্লে;
খারমদগী লান লাকই হেক হায়;
লৈবাক প্রজাবু ফনবা তৌগদ্রা ?
লানগী লাম্লোংবু শিনগদ্রা;
পোখাবা শংদে তুমিন্না লৈতে ।

স্বর্গ হায়বসি কয়াদা নুংঙাইরবা;
লম্বী সড়ক ইফুন থাংদে;
নোংমতা হুমাং শৌদে,
নোংমতা নিংথম চন্দে,
অয়ুক নুংথিন্দা ঙানবগুম
শ্রীহরিদগী থোরকপা জ্যোতি মঙান্না,
মণিমুক্তাগী মতৌগুম ঙানবনি ।
লিরি লিরিরবা নামিবা নুংশিৎনা,
য়েল্লি চা চন্দন মনম;
য়েল্লি নুংশিরবা লৈরাংশিংগী লৈনম ।
পারবা ফিজোলনা লৈতেংলবী লাইরেম্বীশিং;
কোইপাই পাইদুনা শান্নরি ।

লাইরবদা খম থেংলুরবা,
অৱাবদা ঙমখৈ নাইরুদ্রবা,
কনাগুম্বা মী অমদা,

লুপা ক্রোর অমগী লোটবি ফাওবদা;
মানা নুংঙাইজবদো করি হায়নি ।
মীবু তুমিৎ কাঙগুম শল্লকই;
লাইররম্মী হায়বা কাওথোরকই;
য়ারম্মী হায়বা নিংশিংদে ।
শামুনা ঙাই খঙদে,
নিংথৌনা ঙাই থিদে হায়বদুনি ।
মর্ত্তগী অবাবা কয়া,
নোংম- নোংমগী কাওশিল্লকই;
মর্ত্ত হন্না য়েংখিদ্রে নহুষ ।

উর্ব্বষি, মেনকা, চিত্রভানু, অসিনচিংবা
মশক মতৌদা মপা লৈত্রবী লাইরেম্বী কয়ানা;
নৃমিৎ খুদিং ইন্দ্ররাজগী সভাদা জগোই শাই ।
নুপুর খোঞ্জেলগা লোয়ননা,
জগোই খুৎথেক চানা
মৃদঙ্গগী তাম্থাদা জগোই খোংলৈ চাহল্লি ।
নোংমদি অসুম থোকউ তস্বনা,
লাইরেম্বী জগোই শাবী অমা,
অসুম অসুম জগোই শাবদা,
নুপুর খোঞ্জেলগা মৃদঙ্গগী খোঙ্থোক্কা,
চাননা জগোই শাবা ঙল্লমদে ।
ইন্দ্ররাজ খংশাও শাওরম্মী—
'হে তোল্লবী নুপী ! মর্ত্তদা মী ওইনা পোক্কুরো ।'
লাইয়াম ঙকখি করিগীনো ? করিগীনো হংনখি ।
চৎখ্রে লাইরেম্বীদো ইন্দ্ররাজদগী বিদায় লৌরগা—
লাই পুম্বা শাওনরম্মী, নাকপাক তানরম্মী ।
খরনা ইন্দ্রগী, খরনা লাইরেম্বীগী,
মৃদঙ্গ পায়বনা লানবনি হায় খরনা;
লাইরেম্বীনা লানবনি হায় খরনা ।
অচুম অরান খংদনা,
লাইরৈপাক্তা লাইনিংথৌ ওইরগা,
হেক্তা শাপ তৌবা করিগী !

মীরল্লেন্দা পোকপা মাবু,
নুংশিদুনা ইন্দ্ররাজ হাপ্পুরে ঐখোয়না,
ঐখোয় করি ওইরনি !
ইন্দ্ররাজ অচানবা চিত্রসেন গন্ধর্ববনা,
ইন্দ্ররাজদা তন্না পাওদমখি ।
মৈ থোক্লা শাওরবা ইন্দ্রনা,
শাপ তৌখি লাই অহুম মর্ত্তদা পোক্লুরো হায়না।

লাইয়াম শাওবা হেনগৎলকখি ।
অসুম্না শাওনরিঙৈ নোংমা নুমিৎ অমা;
কানিংলম্মী ইন্দ্র স্বর্গগী চীংদোল অমা ।
ইন্দ্রগী য়াথং তাওথরম্মী—
ময়াং কংলবা ব্রহ্মাণ মরি,
ইন্দ্র ঐগী দোলাইরেং খল্লু,
তাবদা লাইয়াম ওকখি ।
লাইয়াম কিবনা থক থক নিক্লম্মী ।
লাই অহল অমনা হৌদোরকই—
লাইয়াম পুম্নমক য়াবিরুগনু,
ঐনা উপাই অমা ফংলে ।
মতিক ময়াই লৈরবা ময়াং কংলবা,
ব্রহ্মঋষি মরি দোলাইরেং ওইহনগে;
ব্রহ্মঋষি মরি দোলাইরেংনি ।
মর্ত্তগী মীনা ইন্দ্ররাজ ওইবনিদো,
খংজদে দোলাইরেংশিংদো কনা কনানো হায়বা !
অফাওবা ব্রহ্মঋষি মরি,
থা কয়া চহি কয়া চাদ থক্তা ওল্লবা;
শরুদা উনশাতনা কুপ্লবা;
অয়াবনা করিনো য়াদবনা করিনো;
অইংবনা করিনো অশাবনা কবিনো;
পুম্নমক চপ মান্নববা ঋষি মরি;

মখোয়না শাপ তৌবদা থুংলবা;
মখোয়গী অখাবা মীৎয়েংদা উৎ ওল্লবা;
কল্লাক কুরু শুংলবা মখোয়না,
ইন্দ্র ওইবা নহুষপু মরেংবান্দা পুরি ।
লেংঙম শাঙমদা কারি তপ্পি তপ্পি চীংথক তম্লা !
অৱাবা খংঙমদবা অশাবা খংঙমদবা খংলক্লে ।
দোলাইরেং ব্রহ্মঋষি মরিদো ।
ব্রহ্মঋষিশিংগী লেংঙম শাঙমদবা উবদা শাওদুনা,
মীনা ওইবা ইন্দ্ররাজগী মখোঙনা কাওবি দোলাইরেংদা ।
দোলাইরেংশিংনা শাওদুনা শাপ তৌদুনা—
থাদখি ইন্দ্ররাজ লোকখাদা ।

মর্ত্তদা অসুম্না—
করিনো তারিবা পাওসিবু অচুম্বনে !
নহুষনা ইন্দ্ররাজ ওইনিংদুনা ওইখিবা নত্তে ।
মাদি লাইশিংদা কয়ারক হন্না খুরুমদুনা হায়জবনি ।

'লাইয়ামশা, ননাই তোল্লবদি
মীরম্লেনগী তাইবং মীনি ।
তোনবদগী তোল্লবা ঐনি;
করম্না স্বর্গ হায়বদো য়ৌজগদগে !
স্বর্গ য়ৌজবসু ইতিক চাজদ্রিবা ঐবু;
ইন্দ্ররাজ ওইয়ু তাকপীবসে,
তৌবিনু ইতিক ইপা চাজদে ।'
লাই নখোয় ময়াম্না খুরম্বগা হায়জবগা তৌবদা,
মানা কন্না য়াজদবদো নখোয় নিংশিংদ্রা !
নখোয়না ঐখোয়গী নিংথৌ নহুষপু
নম হাদুনা পুবিশ্লগা ইন্দ্ররাজ ওইহনখ্রে !
মা লৈতবদগী মফমসিদা মতিক চাবা অমা লৈতদুনা
ঐখোয় অসিদা কয়া ৱানরবা !

ইন্দ্ররাজ নহুষ দোলাইদগী লোকখাদা ইম্বুবিগ্রবা !
অসুক চাওবা লাইযামগী মপুনি হায়রিবা ইন্দ্ররাজবু
মহাক চৎপদা লাইশিংনা মনিং মমাঙদা
থাং, তেন, গাদা পায়দুনা চত্তুরনে !
লাই খরনা মাবু কুপশেন শেন্নবিহৌদগ্রনে !

ঐখোয় মর্ত্ত লৈবাক্তদি মিনিষ্টর অমনা,
থবক অমা চৎপদা
পুলিসশিংনা মীপুম খুদিং চেক তৌই ।
মী শিবা য়াবা খুৎশু খুৎলাই পুহন্দে ।
অশোন অনা চৎপদা,
খরা ৱানা থোকহল্লি ।
সড়কী মতাইদা সিফাইশিংনা
নোংমৈ অমমম পাইরগা লেপ্পী
গাড়ি মচাশিং মতম ঙায়হাক
চথোক চৎশিন তৌহন্দে
য়াম্না চেকসিন্না ঙাক সেনবনা ।
মন্ত্রিসিং অশোয় অঙাম য়াওদ্রি ।
তাইবং মী ঐখোয়না য়াম্না চেকশিন্না চৎপগুম
লাই নখোয়সু খরা চেকশিন্না চৎলবদি
অশোই অঙাম থোক্লোই খল্লি ।

লাইরৈবাক্কী লাইশিং চেকশিনবা ৱাৎলি ।
তাইবং মীগা য়েংনবদা
নখোয় য়াম্না হৈথোই শিংথোইদে;
মর্ত্তগী মীনা ইন্দ্ররাজ ওইবগীরা !
ব্রহ্মণ ময়াং কংবা মরিনা
ইন্দ্ররাজগী দোলাইরেং ওই হায়
অদুক থৌশাদবা লাইশিংবু
করম্না দোল্লাইরেং ওইহনবা !
মখোয় মরিনা মাবু হাৎনিংঙমগনি ।
লাইশিংনা ইন্দ্রবু দোলাইদগী থাদখিবগী

করম্বা অন্ধকপা দন্দি পীত্রবগে !
ওসি কাওবদা দন্দি পীবা তাদে ।
লাইযামশা নখোয় লোইনা মায়দুনা তৌবা থবক্তা ?

অদুবু ওইবা য়াব্রনে ।
মীবমদা তাইবং মী ঐখোয়খে লৈমিন্নবদা
নহুষনা পুম্নমক্কগী অথোইবনি ।
মপুক মপাও ফবা,
অচান মীরাই নাইদবা,
প্রজাশিংবু মচামক্কি খনবিবা,
লৈবাক য়ায়েল বিচারদা হৈশিংবা নহুষনি;
মাগী মতৌদু লাই নখোয়নমক কল্লকখিবনি ।

লাই নখোয় পুম্নমক্তা পামস্ত্রে, মতিক চাস্ত্রে খল্লবদি
মীরমদা (মর্ত্ত) হনস্ত্রো হায়বিবা য়াইনা ।
হায়বিয়ু লাইয়ামশা, নহুষকী মরাল করিনো !

নহুষকী মরাল লৈতবা নত্তা !
ইন্দ্ররাজ ওইবগী তৌফম থোকপা
অদুতনি মানা তৌখিবা নত্তনে ।
লাইগী ওইবা·লমচৎ ব্যাবার কায়,
হায়রবদি লাই নখোয়না তম্বীগদবনি ।
মাদি খওফম থোক্তে, মাদি মীনি ।

মর্ত্তগী তাইবং মীগী নিয়ম কানুনগা
স্বর্গগী লাইগী নিয়ম কানুনগা মান্নফম থোক্তে ।
ঐখোয়গীদদি নিংথৌ ওইবা মহাক্তা
ফুনিংবা ফুই, হাৎনিংবা হাৎলি
মখল মথা কয়াগী তেক্ত কয়া লৌখত্তুনা
প্রজা ওৎপসু লৈ ।
নিংথৌগী মমাংদা নুপীনা
মকোক খুমদুনা চংকদবনি,
নিংথৌদা থওই উশিত্তবা য়াদে ।

উশিত্তবদা অহকপা দন্দি পী ।
অফিসকী থবক হাপ্লসু নিংথৌনা তৌই ।
নিংথৌনা থবক খুদিংগী ঠিকাসু তৌই ।

ইন্দ্ররাজনা চীং অদু থুনা কাহন্নিংবদগী
দোল্লাইরেং ওইরিবা ব্রহ্মণ মরিদা,
লাউ খোংদুনা তৌবা, মখোঙনা কাউবা,
করিসু লৈতবা থবক্লি, অদুগী ইন্থবিফম থোক্তে ।

ঐখোয় মর্ত্তদদি শগোল তোংদুনা লাক্লগা,
লম্বী চৎপদা লিচৈনা কল্লিবনি,
মোটোর সাইকল তোংদুনা লাক্লগা,
লমহেনবা মীদা কাপ্পুনা হাত্তোকই ।

ঐখোয়দদি নিংথৌ হায়বসি প্রজাগীনি ।
প্রজাগীদমক নিংথৌ শিবিফম থোক্তে ।
নিংথৌগীদমক্তি প্রজা ৪০-৫০-১০০ শিবা
করিগুম্বদা লৈবাক কন্নবা
লাম্মী লিশিং লিশিং শিরিসিনি ।
অশোক্না কলিঙ্গদা লান্দাবদা
কলিঙ্গগী নিংথৌ ১সুং লৈপাকপু কন্নবা হোৎনবদা,
মৈরানবীনা মৈরিদা চোংশিল্লগা শিবগুম
লাম্মীশিং ১সুং খুল্লক্কী প্রজাশিং থোরক্কুনা,
অশোক্না লান থেংনখি ।
শিখিবা ময়াম অদুগী লুপ্তন খোল্লগা
মোন ওন্দুনা য়েংবদা মোন অহুম মখায় ওইখি ।

লাই খবনা হায়বদি—
ইন্দ্রবাজ নহুষকী দোল্লাইরেং মরিদো,
ব্রহ্মঋষি ঙাক্তনি ।
ব্রহ্মঋষিদা খোঙনা কাউহেদে ।

কাউরুবগী শাপ ফংজবনি হায়না ।

লাই নখোয়না হায়রিখে
তাইবং মী ঐখোয় য়াউ হায়বসে হায়রনু ।
ঐখোয় নখোয়না হায়রিখে য়ারম্মী ।
হৌজিক্তী ঐখোয়সু লাইগী খদ্রক মদ্রক খংলবনি
অমুক য়াবা ওন্নরোই ।

ব্রহ্মঋষি হায়বা অদুক তৌওন্নবা
ব্রহ্ম মশক খংলবা মখোয়না করম্না
ইন্দ্রগী দোল্লাইরেং ওইরিবনো !
মখোয়বু ইন্দ্ররাজদগী হেন্না চাউব্রনে ।
ইন্দ্ররাজদগী হেন্না চাউই হায়বা !
ইন্দ্রদগী হেন্না চাউবনা ইন্দ্ররাজগী
দোল্লাইরেং ওইফম থোক্কে ।
ওইথোক্তবা বানি লাইয়ামশা !
ঐখোয়গী পুকফবা নহুষ নিংথৌ পিবিরো ।
নত্তবদি ঐখোয় নখোয়গী নথক্তা
লালগী শেম শারে ।

- - - -

## মর্ত্তদা শান্তি

১

ইমা পৃথিবী, কনবিয়ু নচা ঐখোয়বু,
মীনা মীবু ওৎলিবা
মীনা মীবু হাৎলিবা–
করিগী থোকহল্লিনো ইমা ।
নচাশিংবু অচান মীরাই নাইব্রনে !
ইমা নহাকপু পাম্বনে তাইবং মীগী ঈ ?

ইমাগী গর্ভদগী পোকপনি,
অকাও পরে চনব্রনে ইমা !
চেল্লি ইমাগী ঈ ঐগী শিংলিদা !
য়েংবিয়ু হৌজিকসু অসেংবা ঈ ।

২

নত্তে ইচাশা নখোয়গী ঝাখল তায়োন্নরে;
মমা ওইবী কনানা
মানা পোকচবা মচাশিংদা
করম্না মীচং মীখায় নাইগদগে !
মোত তিন্নদে নখোয় নশেন
অমনা ঙাংঙি অমনা তাদা
ইমাদি ঝারে নখোয়গী নত্তৌ উবদা !
নখোয়না অদুক্কী মতিক ফজনরগা
অদুক্কী মতিক নুংশিনরগা
ইমাগী থম্মোয় পেনগনি ।

৩

য়ুহার কয়া হাবিদুনা নোং লেপ্তুনা চুবিবনা,
সুনামি কয়া থোকহন্দুনা,
চীং কয়া লেন্দ স্নাইদ থোকহন্দুনা
নোং তাবিদবনা লৈক্রক কয়া চংহন্দুনা,
মৈগী চীং কয়া পোকখায়দুনা,
সহর তুম্না মাংহন্দুনা
লাম্মেনা কয়া চাকথেক্লুনা,
শা, কৈ কয়া হাৎপিদুনা,
মীশিংগী লৈফম লৈহন্দদুনা,
তৌফম খংহনবিদ্রে ইমা ঐখোয়বু ।

৪

উদ্রা মাইহিং ইমাগী মাইদা !
খংব্রা নখোয় করিগী মাইহিংনো !
করম্না কোক্কনি মাইহিং
মৈ থাদোক্লুনা উ- ঝা মাঙহল্লি ।
লৈনৃঙ তৌখায়দুনা থাও, কোয়লা লৌথোকই

মৈ থাদোকই থাওশিংদো
কাবর্বন্না পুন্মম মল্লে অতিয়াসে,
উমংগী শা- উচেক ফাদুনা হাত্তোকপিরে নখোয়না;
উ- বা য়াম্থৎপিদুনা উমং কোকথোকপী নখোয়না,
জঙ্গল ওইদ্রে লমহাঙ ওনখ্রে ।

৫

ইমানা হাৎনৌ হায়খিদে;
খুৎশু- খুৎলাই থাঙ, তেন, বোম্ব পায়দুনা
লংশিল্লি, কাপশিল্লি মীরক্তা, য়ুমলক্তা ।
অদুনা নিংথিনা শাগৎপা য়ুম-কৈ, ফুরা-দলাল
উৎ ওলহল্লি নখোয়না ।
পোকচবদা ঙাইহিরিবা ইচা কয়া;
শোইদৎপী নখোয়না তাইবং মীরোন সুদ্রিঙৈদা ।
ই.না নখোয় খুদিং চানবা পী,
নখোয় নশেল অঙম অঙম্বা মুন্নে;
খরনা চাই, খরনা চাবা-শেৎপা ফংদে ।

৬

মুন্দুনা লাক্লুনা চাঙম্বা ইচা খরসিনা
ঐবু নুমিৎ খুদিং খোয়শাওনহল্লি ।
নুপী অঙাং ললোন্দুনা চাবা মখোয়না,
লম্বী লমখাংদসু লুৎ- পাৎ তৌবা তাবনি ।
মীশিংবু মখোয়না কানি, হেরোইন, এল.এস.দি. পীজৈ ।
হেরোইন, কানি দ্রগ ললোন্দুনা
মরল মথুম পৈশিন্দুনা ইনাকখুনবা ওইরকই ।
পুলিস থমজিল্লি মরল শঙনবা,
মিলিটরি থমজিল্লি মরল ঙাক্লবা,
হুরানবা অচৌবনা হুরানবা মচা ফাবিরি ।

৭

ভারত ইমাদা অমুক্তা তাকপিয়ু
য়ুম্লোন্নবা অনি খৎনহল্লি ।
চীংমীনা তমদা লৈবা য়াহল্লি,
তমগী মী চীংদা লৈবা য়াদে হায়রে,

তমগী মী চীংদা ফাওদুনা চৎপা য়াদে ।
নিংথৌ শেম্বা মীবু কিবা লৈবাক
চীংমী-তম্মী তোঙান-তোঙান লৈনবা শিল্লি ।
মহৌশাগী লৈশেম থুগাইনি হায়রি;
ঐখোয়বু ইংনা তপ্না লৈহনগদবা ভারত ইমানা
ঐখোয়বু খৎননবতা শিনখ্রে ।

৮

চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী
হোৎনবি ঐনা নখোয়গী য়াইফনবা,
পুকচেল চাওবা মী কয়া কয়া, যুগ কয়া কয়াদা থাই
নখোয়নসু হায়–মাবু 'লাইনি'
চাওথোকচৈ মাসু 'ইমানা থারকপনি ঐ খংদ্রা'
ফরক্কদবোই নিংই মাসু ফরক্তে ।
মশাগী ওইজনবগী খল্লকখি ।
অহোইনদুম কাংলুপ মশিং হেনগৎল ২
অমনা শাগৎপা ধর্ম্ম লৈঙাক
অমনা মাঙনবা তৌনৈ ।

৯

শান্তি পাম্বা ইচাশা !
স্বগগী শান্তিদি অসিবগীনি,
হিংবগী শান্তি ফংফমদি মর্তদনি,
ৱাখল মুন্না তৌরবা তুংদা
ঐনা থাখিবদায় কার্ল মার্ক্স, এঞ্জেলস, লেনিন ।
মখোয়বু থিযু ফংনবা ।
ৱাবী শান্নৌ, নোকমিন্নৌ মখোয়গা
শোইদনা ফংগনি শান্তি মর্ত্তদা ।
মতমদুদা কোক্কনি ইমাগী মাইহিংসু

- - - - -

# শকখঙদবী লৈশাবী

মশক মমিং হৌফম শাৎফম তাক্তবী,
স্বৰ্গগী অপসরাগুম্বী লৈশাবী অমা,
নোংমা থেংনখি হৈনৌগী বন্দ,
হৈনা শেম্বা মালিনা ।

নিংথিবী ফজবী লৈশাবীদু উবদা
হংখি মালিনা–নঙবু কনানো ইবেম্মা;
স্বৰ্গগী লাইরেম্বীরা নত্রগা,
মর্ত্তগী তাইবং মীরা ।

তপ্না ইংনা পাউখুম পীরকই লৈশাবীদুনা–
ঐদি তাইবং মীনে,
হৌফম শাৎফম লৈজদে,
হৈনৌগী বন্দা ঐগী লৈফম ওইজগে ।

'ইংঙি চিকই নুংঙাই মফমসে
ঈশিং খজিক্তা থকচগে'
ঈশিং পীরকখি মালিনা
হরাও-হরাও থকই লৈশাবীদুনা ।

মালি তন্না চেনখি মন্ত্রি' য়ুমদা;
তাকচরুই হরাও হরাওনা,
মন্ত্রি মঙা লাকই খুদক্তা,
মুন্নরে ঐগী ওইনি, ঐগী ওইনি হায়না ।

শকখঙদবী অদুগী শয়েং অনি হিকথরে !
কল্লাক অনি পুমচোক চোকথরে ।
করি মতৌনো তৌবীরিবসে;
নুংশি হৈতেনা নখোয়সে ।

শানিকো নখোয়গী লিচৎসে !
তাবিয়ু অঙম্বা পুম্নমক,
অসুক ফত্তে খঙজরম্লবদি
লাকচরম্লোইদবনি ঐদি মফমসিদা ।

ফরে অঙম্বশিং পুম্নমক,
ঐ কনাদসু যুম পাল্লোই,
অমদা লৈরে অমনা শাওনি,
অমদা লৈরে অমনা শাওনি ।

নখোয খুদিং পেন্নবা
লৈজগে ঐ জগোয় শাদুনা;
ব্রাথোক লাম্থোক পামজদে
লৈশাবীদুনা হায়জবা মন্ত্রিশিংনা য়াবিখি ।

হৈনৌগী বন অদু ইন্দ্রগী কোনুংগুমদ্রে;
ঙক্তা সনাগী লৈপরেংনা ঙাম্থোইবা
নাদা নাইন ফাবা
শম্বাদোংদা সনাগী গুলাপ থেৎলিবীনি ।

খোঙদা নুপুর শিদুনা
খোঙয়াদা অঙাংবা লৈমচু তৈবা
কোক্তা শিন্দুর তৈবী ইবেম্মশিং
য়েংবা লাক্লমই নুমিৎ খুদিং ।

লৈবাক অদুগী মন্ত্রি ফম্নাইবশিং,
মবেম্মশিংগা লোয়নরা রথ তোংদুনা,
কনানা মচাশিংগা লোইননা
লাক্লম্মী মফমদুদা জগোই য়েংবা ।

ভাবক য়াম্বা য়ামদবা লৈতে মঙোন্দা;
অরাক অরাকপা মীপুম খুদিং পেন্নবা

নোকমি-নোকমি তৌনা তনৌরবী খুৎশাশিং থেক্তুনা
জংগোয় শাজে লেপ্তুনা ।

কনানো লৈশাবী কদায়দগী
স্বৰ্গগী অপসরানি অমনা খুমখি ।
কনানা হায়, হৈনৌগী লাইরেম্বীনি;
ফজবদা লময়ৌবিনি ঙাংনবদা লোইররোই ।

অকে অমৌ শেমদুনা
হয়রাউ কুম্মৈদা তাওরিঙে;
নোংমা লাল লাকখি,
য়ুমলোন্নবা লৈবাক্কী নিংথৌনা ।

লালবাও ফংবগা অওম্বশিং
সহর তম্না চেন্নদুনা
লালগী ফিজোল শেৎনদুনা
মাইয়োক্নখি থাঙ্গ থাঙ্গ, তাগা তাগা ।

লাম্মী লিশিং লিশিংগী ঈ-না,
সহরগী সড়ক পুম্বা;
ঈগী তুরেল ওনখি,
হৈনৌ বনসু তৌরম্মী অসুম্না ।

মবাল লৈত্রবা নুপী অঙাং কয়া শিখ্রবা,
মপুরোইবা কাইনরবী নুপীশিংগী
মীকপ মীরাওখোন্না
সহর অদু পুমনিল নিল্লম্মী ।

শকখঙদবী লৈশাবীদো কনানো,
খুঙ্গংগী নুপীশিংনা, অশি অনাগী ইমুংনা
মাবু হাৎনিংঙম্মী, মী কয়া কয়ানা
তৌনরম্মী মঙোন্দা শাপ ।

লৈশাবীদুগী অশাওবা ঙসিদি উৎলক্নে
'ইমু নাইমু তাহনবা পান্বা
অসুক চাওখৎলবা মতমসিদা
থাইনগী লিচৎ চৎপা মী ।

নখ্বাং মেত্তুনা অশিবা মীয়াম মরক্তা
লিরুঙ তেন, থাং-তা, চুঙ্গোই পায়দুনা
কনা ব্রাৎলি হাৎকদবা ।
ওইজরো নিংথৌ ঈহিং নাইহিং মথক্তা ।

মখোয়গী শিংলিদা চেল্লিবা ঈ
নঙ ঐগী শিংলিদসু চেনবনি ঙাংনা;
ইমা ইপানা শেন্বা ঈ
নঙনা মাঙহনবিগ্রে লৈমাইদা তাহন্দুনা ।

ঈগী মমল খঙদবা
ঈগী মগুন খঙদবা
শানা চৎকদবা লিচৎ
তাইবং মী নঙনা চৎপা ।

মীওইবা জিববু তমথীনা হাৎঙম্বা
নুংশিবগী থম্মোয় মচেৎফাও লৈতবা
পোকপগী করিনো কান্নবা !
হিংবগী করিনো কান্নবা !

পী পা নাইনদ্রিবঁঙে,
শা, ঙা উহৈ ব্রাহৈ
অঙম অঙম্বা লাক্কুনা চান্নরিবঁঙে;
তৌরম্বা থবক নঙনা তৌরি' !

নিংথৌনা পাউখুম পীরকই
'নুংশিরবী ইবেম্মা করিগী অদুক শাউবগে !

শকহেনবী নহাক পামজবনা
লান্মীরক্তা ইশামক য়াওরিবনি ।

লান্মীশিংনা সহর নৈরিঙৈ
অশোয় অঙাম থোক্লিঙৈ,
কনা খঙদ্রিঙৈ চৈরক্তা,
রথতা কাখৎলু ইবেন্মা ।

নংগী ফজবা ঐগী লৈবাক্তা ওংনৈদো,
নংগী জগোইদা ঙাওজবা,
ঐগী প্রজা কয়া লৈদো ;
নোংমতা লেপ্তুনা য়েংজবা ।

নোংমা লাক্লম্মী ঐসু, অরোনবা ফি শেত্তুনা ;
নংগী জগোই য়েংবা,
নংগী জগোই উরুবদগী
ময়াই চম্মে পুম্নমক্কী জগোই ।

নংগী জগোই উরুবদগী
লৈবাক্কী থৌয়াম কাওথোকখ্রে ।
নংবু ইনাক্তা থম্লগা
লৈবাক নিংথীনা ঙাকচবা ওইজগে ।

ইংনা তপ্পা হায়বনা
লৈবাক অমগী নুপীবু
হেক্তা পীবা তৌনদেদো
অদুগীনি লাল তৌনবা ঐখোয়না ।

নঙোন্দা মিপাইনিংঙাই লৈরোইদো;
অকি অখং পোকপীনু,
নুংঙাইতবা ময়াম'মা থাদোকপিয়ু,
রথতা কাখৎপীরো ইবেন্মা ।

লৈবাক চাওবা তান্নবদা
অশোনববু অকনবনা লাকথুবা
অশোনবগী মরল লৌথোকপা
নিংথৌ ওইবৈ হৌনশানি ।

মসিগী চিন্তা তৌবিনু,
স্বগগী লাইরেম্বী ইবেম্মা,
তালোই শিংদা চলহনগে,
মহারানী ফমথোন হাপ্পীগে' ।

'তাউ' নুংশিবা মশক খংদবা মীদা
করম্মা লৈগনি ঐনা ।
নুংশিবা মনম য়েনবা চৎপনি ঐদি:
মপু ইবুংঙো বুদ্ধদেবগী য়াথংনি ।

ইবুংঙো মানা পামজবা লম্বীদা চৎপা
মী নত্তে নহাক ।
শাহিং চাবা জীবনসু চৎত্তে অদুম্মা
মবুক লাম্বগীতা ওক্লবা হিংশা তৌবনি ।

মরম চাদনা জীবদা হিংশা তৌবগী
পাপ চাউই হাযনৈ গ্যানিশিংনা
নংনা তৌখিবা হিংশাগী
পাপ কোক্লবা গৌতম মুণিদা চংজৌ ।

লাইমক্কা শিংবা মান্নবা
লাইগী শাওং শাদা লৌদুনা শেম্বা ;
তাইবং মী লিশিং কয়াগী অশিবগী থবাইনা,
কোইপাই পাইরি অতিয়াদা ।

চংফম লৈত্রবা ব্বারবা থব্বাইনা,
ভুৎ-প্রেৎ হিংচা য়াইতম্বগী শওং লৌদুনা,
যুগ কয়া কয়াগী তাইবং মীদা
য়ৈখাই থিনগাইবা, অকি অথং পীরক্কনি ।

নংনা হাৎপসে লাম্মীদা নত্তে
শিগ্রবা লাম্মীদুনা
মানা হিংলিঙৈদা থাক্লম্বা
নুপী অঙাং কনানা য়েংবিনি কনানা থাকপীনি ।

নথৌনা লৈবা নিংথৌমচানি নহাক;
অদুনবু হাৎলিবনি মরাল লৈতবা ময়াম অমা ।
অদুগী ফল করি ওইগনি
নং ঐ মাইথিরবনি মফম অসিদা ।

অরাবনা থল্লবা সংসারনি,
কল্লক মিহৌবদগী অরাবা পোকপনি,
অপাম্বা মিহৌবা থাদোক্তবা মহাক্তো:
করি কান্নগনি পোকপগী !

ঐগী অয়াবা লৌদনা,
নংগী অপাম্বদা খন্দুনা,
মীয়াম হাত্তোকপীবদগী,
ঐগী শাগৎচবা রাখল মাংম্রে ।

ঐ অসিবু নংগী ওইগনি খনবা,
তাদ্রা নংগী নাকোংদা মীকপ মীরাওখোল !
ঐ লৈবগী মখোয় পুম্বা শিরবা,
করি কান্নরি ঐ লৈবগী !

তাও নিপা ঐ রা হায়গে- -
নোংমা লাকখি ঐ মফমসিদা,
খৎনখি অঙম্বসিং ঐ উবদা
মুন্নখি ঐবু মাগী মাগী ওইগনি হায়না ।

মতমদুদা হিকথখি শয়েং পুম্বা
খৎনবা তোকহনখি ঐনা মখোয়বু ।

মখোয় পুন্নমক্কী পেন্নবা
ঐনা জগোই শাবনি মফমসিদা ।

নহাক্কা মীয়াম হাংত্রিঙে,
ঐবু হান্না উন্নবিরন্নগা
ৱারী পুন্না খংলমগদবনি !
চৎলো তোল্লবা নিপা !

মী অমগীদমক মী লিশিং লিশিং হাৎওন্বা
নিংথৌ নংগী লিচৎ হন্জোয়জে ঐনা ।
নংগা ঐগম্ন নরক্তা পুল্লুসি
স্বর্গ মর্ত্তদা লৈফম লৈতে ঐখোয়গী ।

মতমদুদা তারম্মী অরাপ্পদগী নুংশিরবা ঈশেগী খোঞ্জেল
খোঞ্জেল অদোমদা লৈশাবীদু মমাই ওনশিনম্রে ।
বুদ্ধদেবনা সেবকশিংগা লোইননা
চৎলি খোংনাঙবোং পাম্বী তম্না ।

হৌজিক্তা শাম্মু লমশাগী মতৌগুম লৈরম্বা,
মাগী য়াথংনা মী কয়া হাৎপ্রবা,
মশামক্তসু অফং অফংবা কয়া শোইদৎপ্রবা;
নিংথৌ অসিগী মপাঙ্গল মথৌনা খুদক্তা মাংম্রে ।

মীৎনা উদবা অশিবগী থৱাই ময়াম্না
মহাকপু পুময়োম য়োমশিনম্রে ।
নিংথৌ তৌফম খংদ্রে,
হায়রম্মী মখোয়না নিংথৌদা- -

'তোল্লবা নিংথৌ, পুরো লৈশাবীদো নমাংদা লৈরে ।
অতোরগুলাপকুম থোৎলবা নুজানি মাদি ।
শামু লমশাগী পাঙ্গল লৈবা নংনা
মশম লাক্কুনা চিংলগা হাপকৎলু রথদা' ।

'লৈবাক অমগী নিংথৌনা
হায়বা য়াদবা মাদি
থমহৈদেনা হিংনা
মাগী নৎত্রা নংনা ঐখোয় ময়াম হাংপা' ।

উপগুপ্ত, মোগাল্লানা, অঙ্গুলিমালানচিংবা
ইন্নরি মরি মরি বুদ্ধদেবগী তুংদা ঈশৈ শক্লা শক্লা !
বুদ্ধংঃ শরণংঃ গচ্ছামি
ধম্মংঃ শরণংঃ গচ্ছামি
সংঘং শরণং গচ্ছামি ।

অমৃতদগী হেন্না খোইথুন্নবা ঈশৈ
ঈশৈ অদুগী অর্থগী মমাঙদা,
করি তৌবিরে মহারাজ ।
পাঙদবা মীচম অমগুম তুমিন্না লেপ্লিবা' ।

'নংনা তুমিন্না লেপ্লিঙৈ
উপগুপ্ত, কোসিয়া অঙ্গুলিমালাগী মরক্তা
চৎত্রে মদি লু লকথ লুকথনা ।
মীৎ কুপ্তুবমখৈ কয়াম কুইনা য়েংখিনি মঙোন্দা' ।

'করি তৌবিরে মহারাজ !
খুকউ থোংদুনা থাংশাং থুদেকপিরিবা !
নুংশিদরা ঈগী ঈ ঙাক্তা ঙায়রবা থাংদো,
মতিক ময়াই লৈবা নিংথৌগী খুৎসু থাংনি ।

'ঈ তৈরে, ঈ তৈদবা অমা শিনগে খনবীত্রা !
মহারাজ বাখল চোইবা মাল্লি ।
লাম্মীগী অঙম অথৌশিংনা করি খনখিনি,
কাওরব্রা লৈবাক অমগী নিংথৌনি' ।

'থাশাং অমা শিনবীরো, খুৎ চেৎনা পায়বিয়ু !
লৈশাবী'দু মশম লাক্কুনা চিংথোক্লু

বৌদ্ধ লম্বোইবশিংনা করি তৌগনি নঙোন্দা !
নংনা মাবু চিংথোক্লুবদা' ।

'মিকুপ খরগী মমাংদা
মী লিশিং লিশিং হাৎখিবা,
শুপ্নগী শকহেনবী নুজা অমগীদমক ।
মাগী মীৎয়েং নায়েং, ৱাহৈ খোনফম' ।

'নংবু চংহন্নিংঙব্রা পাপ কোক্লুবা লম্বী মানা,
থাজরব্রা নংবু মপুং ফানা,
চংশিল্লু কোক্কনি পাপ
বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী পাউতাক্কী ঈশৈনা' ।

মহাবাজ খোং তপ্না তপ্না থাংদুনা
লেংশিনখ্রে বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী মনাক্তা ।
লাম্মীশিং তুমিন তুমিন লৈনখি ।
মবুংঙোগী মতৌ উবদা ঙকখ্রে মখোয় খুদিং ।

- - - - - -



ফোংলবা লাইরিকশিং ঃ-

১। অচুবগী মমি

২। নুংশিবগী শক্তম